# অঙাংগী
# লমচৎকী
# সিড়ী



শ্রীকোকঙাং সিংহ

মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী শেলগী তেংবাং ফংলবা লাইরিক

# অঙাংগী লমচৎকী সিঙৌ

অইবা - পেচিময়ুম কোকঙাং সিংহ
পোরোম্পাৎ রোড, কোংপাল, ইম্ফাল



মমল লুপা ২০০ তনি

ফোংজবা

শ্রীপেচিময়ুম অচৌবী সিংহ

ইবেমচা দেবী (লৈখক্কী মমা)

পোরোমপাৎ রেড কোংপাল



পি, কোকঙাং "সিংহনু ইবাঙৎ অঙাংগী লমচৎকী সিঢ়ী" মকোক্তা লোইবা কাউবা ... অমগী মতেং অমনা লৌনবা হায়বসি তৌনদবা নত্তে। অঙাংগী রাখলদি য়াম্না থোৎ নৌখ্রবা রাখলনি। য়োৎনা ভাঙলিৈদা য়ৈনিংবা মওংদা য়ৈবগুম নৌরিবা অঙাংগী রাখলনা লমজিংনিংবা লেক্ষক্কী থোইদোকপা উদ্দেশ্যনি। অঙাংগী লমচৎকী সিঢ়ী হায়বা লাইরিক অসিনা অঙাংশিংগী লমচৎপু শেংগৎ শাগৎপদা মতেং য়াম্না ওইগনি হায়না থাজৈ। অসিগুম্না অঙাংশিংনা লায়না খঙজনবা পুথোকপিরকলিবা অসি থাগৎনিঙাইনি।

খুরাই

তাং ১৪।১০।৬৮ ইং

জয়চন্দ্র কোনসবা

ছাপা তৌকম

ধণেশ্বোরা প্রেস শগোলবন্দ মৈন্য লৈরক

## মুংশি রাহৈ খরা :—

মীওইবা পূন্সিগী শেমহোগদবা মতাংদি অঙাং ওইরিবনি। অঙাংগী পুন্সি তোরৈগী ওইরগদবা পুম্বা নিংথাদগী থঙই, হায়বা লৈবগুম মমা ওইবীনা নিংথা মশক থঙনা অঙাং শেম্বা তাই। মতুংদা মীওইবগী ফিরেপ তাগদৌরিবনি।

নিংথা মশক থঙনা য়োক্লবা অঙাংনা নোংম জাতিগী য়ুম্বী পামনবনি হায়বদি ঙসি ফাউবদা মীপুম খুদিংনা লাউদুনা লাক্লি। রাকপা খা, সনব পুথোক্লবা হোৎনরব, হৈজিক্তা তাংনা ফোংনবা রাংতুন তৌরবা মথলগী লাইরিক "অঙাংগী লমচৎকী সিটী" হায়বা শ্রীখোমদং সিংহনা অমা পুথোকলিবা অসিদ থাগৎনিঙাইনি।

শ্রীখোকচোম ফলেন্দ্র সিংহ

তাং ৯। ১০। ৬৮ ইং                জেনেরেল সেক্রেটরি

মণিপুরী—মহারোল সাহিত্য সভা, ইম্ফাল

"অঙাংগী লমচৎকী সিটী" বু ইবিরিবা শ্রী পি, কোকঙাং সিংহগী লাইরিক পারুবদা থোইদোক্লা পুক্লিংদা থোং-নৌবা পোকই। অঙাংশিংগী রাখলদি মতম পুম্বদা থোৎতুনা অমসুং ফজদুনা লৈ হায়বা "কবি রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী রাহৈ অদু লেখকীসু রাখলনি। ঙসিগী অঙাংশিংনা তুংগী জাতিগী য়ুম্বিনী, মরম অদুনা জাতি অমবু চাওখৎনবগী দমক্তা অঙাংশিংবু অফবা মওংদা শেম্বদা লাইরিক অসিনসু মতেং খরা ওইগদ্রা খঙে।

তাং ১২ ওক্টোবর                বসন্ত কুমার
ইম্ফাল ৬৮ ইং                শিংজমৈ!

## ৱারী হৌরমদাইদা ঃ—

নৌরবা ভারতকী অঙাংশিংবু মতৌ করম্না মখোয়গী লমচৎ শেমগদবগে হায়বদুদু ঐগী ৱাখলনি। লমচৎ ব্যাবহার মশক খঙনা সমাজ অসিদা অচৌবা ফম অমা করম্না পায়রগদগে হায়বদু খন্নবা দরকারনী। লমচৎ শাজৎ মশক খংনা মখোয়না নোংমগী মথৌ তৌরবতদা তুংদা মীনা ইকাই খুম্নবা মীশক অমা শোয়দনা ওইরগনি। ওজা ওরু অংকল লমংদা তৌফম থোকপা ব্যাবহার তৌনবগী শক্তী ৱাৎলবা নহারোলশিংগীদমক 'অঙাংগী লমচৎকী সিটী" হায়না কৌবা পীক্লবা লমচৎবা লাইরিক অমতং পুথোকচরি।

মুর্থ ঐনা হৈত হৈত ইদুনা শানবীওঁ নোংমা ঐগী স্কুলগী লাইব্রেরীদা "সোদ চার সোপান" হায়না কৌবা শ্রীরাম বালক শাস্ত্রীনা ইবা লমচৎকী লাইরিক অমথক ইথক খঙহোদনা থেংনজখি। লাইবক ফরেদা খন্দুনা লাইরিক অদুগী শরুক খরদং অমগা লৌ-থোকচরদুনা মুর্থ ঐগী কলমগী তেংবাং ওইজখি। লাইরিক অসি হৌগৎলকপদগী লোয়বা ফাওবা ঐগী মরুপ সরাংথেম বীরমনি সিংহ কোংবা চনম লৈকায়দা লৈবনা মথৌ কোম্নাই শিত্তুনা থক কাওবা ঙমলোইদবা তেংবাং অমা পিবিখি

মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা শেলগী তেংবাং খরদং পিরিবপা শিক্ষা বিভাগকপু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

২৩। ১০। ৬৮ পেকোসিং।

য়ুমশকৈশ, নিঙোল চাককোবা লেখক

ইম্ফাল।

# অঙাংগী লমচৎকী সিরৌ

## "ছাত্রশিংগী থৌদাং"

ছাত্রগী পুন্সিনা মীওইবগী পুন্সিগী অয়ুকনি। হৌজিক্কী সংসারনা ছাত্রবু মিংয়েং অসিদা য়েংলবস্থু ভারত্তি থাইনা মমাংগী অঙ-দগী মহাক্কী লংগৈ ওইরবা ছাত্রশিংগী মতিক মগুণ অসি খঙলম্মী। মসিদগী মীওইবগী পুন্সিগী পাক-চাওরবা য়ুম শাগৎলকপসি ছাত্রগী পুন্সিগী শেংলবা অমদি মরা চেৎলবা য়ুমকমদগী হৌগৎলকই। রাজ সভাদগীনা সমাজ ফাওবা ছাত্রশিংবু থোইদোক-হেন্দোক্না ইকাই খুম্নরম্মী। মতিক-মগুণ চাওরবা নিংথৌরেল রঘু ফাওবা কৌপিন শেংপা কৌতমগী খুয়াদা নোনজবদা ইকাইবা হঙ্গোয়রবা পোক্তে। অদুগা ভগবাননস্থু বলিনা থাজনবগীদমক্তা ছাত্রগী নম-থাক্কী শক্তম অদু লৌবা তারম্মী। কনাগুম্বা ব্রহ্মচারী (য়ুমপান্দব) অমনা অয়ুক্তা থোংজিন্দা লেপলদুনা "ভিক্ষা থরদং হাপ্পীয়ু" হায়না নোনজররবদি মদুদা নংনা লৎনফদে। ভিক্ষা পিবা হায়বদি আর্য্যগী মুপীশিংনা য়ুমগী থবক ইনথাং থাদোক্লদুনা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোইননা পূম্নমক্কগী হেন্দোকপা অফবা পোৎ-চৈ পিবদা মশাগী লাইবক ফবনি খন্নরম্মী। হৌজিক্কী মতম অসিদা ছাত্রশিংগী অফবা রাখল অমুকহন্না লাক্লবদি মুমিৎ অদুদগী ভারতনা সংসারগী

খ্বাইগী মাংথাবা কম অদু ফংবা ঙমগনি হায়বদা খজিক্কা ফাওবা চিংনানিঙাই লৈতে।

মীথা পোনবগী অরাবা যমগী চৈরাকশিংদু চারবগী তুংদা ঙসি মনিং মথা তম্বা ভারত হায়বদু ফংলে; মাবু ঙাক্লবগী থৌরম পুম্নমক হৌজিক্কী হৌগৎলক্লিবা ছাত্রশিংগী মথক্তা লৈববনি। ঙসিগী ছাত্রশিংনা হয়েং রাষ্ট্রপতি ( লৈবাক্কী মপু ) অমসুং প্রধান-মন্ত্রী ওইদুনা ভারতকী তুংগী ফিভমবু মরা চেৎহনগনি হায়বা য়াই; অদুনা ছাত্রশিংনা মশানা মথক্কী ফমশিং অসিগী অধিকারিনি 'খন্দুনা' মসিগী তৌকম থোকপা থবকশিংগী পোৎলুম পুনবগী মতিকচাবা শক্তী অমদি নহাওইবগী পাঙ্গল ইশা ইশানা তান-শিনগদবনি। হায়রিবা শক্তী অসি শিক্ষাদগী নত্তনা অতোপপা উপায় অমদগী ফংবা ঙম্নরোই। মরম অসিনা ঙসি ভাবতকী ছাত্রশিংগী মক্তবা ধর্ম্ম হায়ববু মশাগী ছত্রগী পুন্সিবু নিংথিজনা অমসুং মপাঙ্গল কননা থমনবগী অচেৎপা রাশক লৌবনি।

ছাত্রগী পুন্সি মহৈ য়ানবা হায়বসি মতমবু নিংথিজনা শিজিন নবগী মথা পোল্লি। ছাত্রশিংনা মহাক্কা লোনংমগী রুটিন কাই-দনবগীদমক্তা রাশক লৌগদবনি। অয়ুক পুং ৪ দগী নুমিদাং পুং ১০ ফাওবা অমমম ওইনা মহাক্কী রুটিনগী মতুং ইন্না তৌগদবনি। মহাক্কী মতম মিকুপ অমা ফাওবা মাংহল্লোইদবনি। হৌজিক কালগী ছাত্রশিংগী মিহৌবা কল্লকপা য়েংথিব পুম্নমক অসিদগী হৌগত্তুনা চাওবদগী চাওরবা মী অমা ওইনবা হোৎনগদবনি। ছাত্র অদুনা মতম চানা হায়বদি শান্নবা মতমদা শান্নবা চাবা মতমদা শুপ্নগী

চান্নবগীদমক, লাইরিক লাইশু হোৎনবগীদমক অচেৎপা ৱাশক লৌগদবনি। অদু ওইরবদি মাগী ছাত্ৰগী পুন্সি অদু মহৈ য়াল্লগনি হায়বদা খল্লিক্লা ফাওবা চিংনিঙাই লৈতে। তশেংবংক ভারতনা মমাংডৌগী চিংলেম্ন অমস্তুং লিচৎ শাজৎ কজবা অদু পুরক্লবগীদমক অথোইবা ঋষি বরতন্তু অমদি উদ্দালককুম্বা গুরু অমসু কৌতস অমস্তুং অরুনিগুম্বা শিষ্য (ছাত্র) দরকার লৈ। ঙসিগী ফজ্রবা মতমশিং অসিদা বরতন্তু অমস্তুং উদ্দালককুম্বা অথোইবা ওঝা ৱাৎপা য়াই। ভৌইগুম্বস্তুং কৌতসগুম্বা, আরুনীগুম্বা ছাত্র মশিংদি লিশিং ওইবা য়াই। মরম অসিনা ভারতকী ছাত্রশিংনা মাতৃদেব ওইদুনা পিতৃদেব ওইদুনা আচার্যদেব ওইদুনা ইশা ইশাগী বিদ্যাগী মন্দিরদগী থোরকপা অমস্তুং ইশাগী লুরবা লিচৎ কয়াদগী ভারতকী মাইথোংবু লংহনসি।



# "অহল লমনশিংগী থৌদাং"

মচা পোকপা হায়বসি অস্তুকী মতিক ৱাই, মদুদগীস্তু মাবু (অঙাং) মীওইহনবা অফবা মচা ওইনবা, অঙাং পুন্নমকপু অফবা মচা ওইনবগীদমক শেম্নবদি শোইদনমক হয়েংগী মতিক চাবা ভারতকী নাগরিক ওইবা ঙমগনি, অসিগুম্বা ফিভম অসিদা ভারতকী তুংগী আশা অসি পুন্নমক্কী মমাং থাগনি। অসিগুম্বা থবক অসি মীপুম খুদিংগী মতেং লৌজরি। মথোয়না অসিগুম্বা

পুন্যগী থবকসিদা মশা মশাগী তৌকম থোকপড় ঙাক্না চৎলবদি অমদি মখোয়না লৈবাক্কী লৈশেম্লকপগী মিংচৎ ফংলে অমসুং লৈবাক্কী য়াম্ন চাওববা সেবা তৌরে হায়বদা চিংনবা করিস্ন লৈতে। অঙাং-শিংনা মহে হৈতনা মতিক চাবা মী ওইবা ঙমদে। অঙাংবু সুপ্নগী লাইবিক তমফমশংদা তমহনবা অ সুং থা খুদিংগী মাগী ফীনচিংবা পিবতনা অহল লমনগী তৌকম থোকপা থৌদাংনি হায়না লৌবা য়াদে অদুগা মপুং ফাবনিস্ন হায়বা য়াদে।

মবমদি, অসিনি অঙাং অয়াম্বদি মতম অয়াম্বা মমা মপাগা লোইননা লৈ। পুং ২৪ গী মনুংদা পুং ৬—৭ তগী হেন্না অঙাংশিনা স্কুলদা ওঝাগা লোইননা লৈতে। অসুম্না পুং ৬ লাইবিক তম্ফমশঙদা লৈরে। অদুনদি য়ুমদা লৈবা অহল লমন মমা মপানা থোইদোক হেন্দোক্না অঙাংশিংগী দায় পুগদবনি। মবম অসিনা কিভম অসিদা অঙাংশিংগী শিক্ষা দিক্ষা অমসুং যেক-থাকপদা য়াম্না চেকশিনবা হায়বসি মমা মপাগী তৌগদবা মথৌনি।

মপাডুনা মচাগী লমচৎ ফজবা অমসুং মরম ওকপা য়েংবা পাগলবদি মপাডুনা হান্না ফজবা লমচৎশিংবু উৎকদবনি। অমসুং মশামক মরম ওকপা, লমচৎ ফজবা ওইগদবনি। লৈমিন্নরিবা অহল লমন মমা-মপানা পুং ৪গী মমাংদা নত্রগা পুং ৪দা শোইদনমক হৌগৎবনবনি। অয়ুক অঙনবদা তৌরিবা থবক ইনথাং পুন্না অঙাং অদুবুস্ন য়াওহনগদবনি। মওং অসুম্না তৌবদগী য়ুমদা মমা-মপাগী লমচৎ ফজবশিংদু য়েংলগা অঙাং অদুনা মতৌ তমদুনা লমচৎ ফজবা

হায়বদু ওইরকই। স্কুলগী লাইরিক তম্ফমশংগী শিক্ষাদগীথোই-দোকপা কান্নবা মপুং কাবা লমচং ফজবা ওইবা ঙমদে।

মরম অসিনা মমা-মপানা মুঙাই-য়াইফবদগী মাই লৈথোক্লগা অরাবা থাঙদুনা অঙাংশিংবু অফবা মচা ওইনবা হোৎনগদবনি। য়ুমদা য়াম্না জ্ঞান তানা মহাক্কী রুটিনদা য়েংশিনবিগদবনি। মহাকসি স্কুলগী থবক ইনথাং তৌরা নত্রগা তৌদত্রা হায়বগী ই-পাও অসি মুমিৎ খুদিংগী ঙমদ্রবসু য়ামদ্রবদা হাপ্তা অমগী মনুংদা অমুক লাইরিক তম্ফমশঙদা চৎতুনা ওঝাশিংগা উনবিগদবনি অমসুং ওঝাগী য়াথং মতুং ইন্না মহাক্কী নিতিগী থবক ইনথাংদা চেকশিনবিগদবনি।

---

## গুরুগী গুণ

গুরুগী ফমথোল অসি সংসারগী থাইদগী হেন্না মতিক মগুণ লৈরবা ফমথোলনি। ঈশ্বরনা মীওইবগী হকচাং শেম্বগুম গুরুনা মীওইবগী হকচাংগী আত্মাবু শেংদোকই। অমঙবা লৈচিলনা পৃম্নমক্তা চপ মান্নবা চুপহনবগুম গুরুনা মাগী শিষ্য পুম্নমক্তা মহাক্কী থম্মোয় মণি পুক্কেদগী লোথোক লৌথোক্লদুনা জ্ঞানগী রত্নশিংবু চপ মান্নবা য়েম্থোকই। মসিদগী হেন্দোক থোইদোক্লা কান্নবগী ফলদি ছাত্রশিংনা ফংই। মরম অসিনা ছাত্র খুদিংমক্তা গুরুগী

---

N. B. গুরু—ওঝা, অহৈ অশিং; শিষ্য—ছাত্র,—অধিকার-মথৌ লৈরবা।

সেবাদা পুক্লিং চংলগা জ্ঞান রত্ন ফংনবগী অধিকারী অমা ওইনব-
গীদমক কন্না হোৎনগদবনি। গুরু ভক্তিদগী ফংবা বিদ্যা অদুনা
ছাত্রগী তুংগী পুন্সিদা য়াম্না কান্নবা ওই। একলব্যনা স্বপ্নগী
গুরুবু থাজবদগী মহাক্কী তেনগী বিদ্যাগী হৈ-শিংবদা অর্জুন ফাওবা
ঙকহনখি।

ঙসি ঈশ্বরগী কৃপাদগী ভারত মনিং মখা তমলে। হৌজিক
মনিং মখা তম্ব ভারতকী ওঝাশিংনা মমাংঙৈগী লীরবা যুগতা
লৈরম্বা গুরু অমগী মতিক মগুণ অমম্তুং ইকাই-খুম্নবা পুন্নমক
ফংনবা হোৎনবিগদবনি অদুগা হায়রিবা মতিক মগুণ শিং অসি
গর্ভমেণ্টকী আইনদগী লৌবিগদব নত্তে। ছাত্রশিংনা বিদ্যাদা
থরাই কৎথোক্লগা ওঝা গুরু অমম্তুং অহন লমনগী য়াথং মতুং ইন্না
মহৈ লনবু তানবা হৌরক্লবা, মহাক্না ভারতকী মমাংঙৈগী ইকাই
খুম্নবা অমদি সংসারগী গুরুগী ফম অসি সোমনাথ মন্দিরগী চাওরবা
কল্লবা থোংজাওগী মতৌগুম্না য়াম্ন থুনা ফংগনি হায়বদা হায়মনবা
থোক্লোই। ঙরাংগী ছাত্রশিং অসিমক্লা ঙসিগী ওঝা ওইদুনা
ছাত্রশিংদগী ইকাই খুম্নবা ফংলি অদুনদি ঙসিগী ছাত্রশিং অসিম্ন
হয়েংগী ওঝা ওইরদুনা মহাক্কী গুরুগী চীং লেম্বদুগী ফংকম থোক-
পদু ফংলগনি।

হৌজিক্কী যুগকী ওঝাশিংসু মশানা মশাবু মশক খঙলগা
মদুগী মতুংইন্না চৎপিগদবনি। স্বপ্নগী তম্লিবা লাইরিক্কী ময়েক
হনবা, শন্দোক্না হায়বা, চহীগী ফংবা পরীক্ষা ফল উৎনবগী
হোৎনবনা ওঝাগী থবক লোইবা নত্রি; তম্লিবা লাইরিকী জ্ঞানগী

মতেংনা ছাত্রশিংগী অচেৎপা নিংথিজবা লমচৎ শেমগৎ শাগৎপদা ওঝা অচুনা কদায় ঙাওবা মায় পাক্লবগে, পরীক্ষা ফলদা থোই-দোক্লা মকম পিবিগদবনি। ঙসি মনিং মথা তম্নবা ভারততা মসিগী দরকার ওইরে।

ওঝাশিংনা অহানবদা আত্মাবু চেকশিন্না য়েংবিগদবনি। আত্মাগী ওইবা দোষ কয়াবু তাম্থোক্লগা ছাত্রশিংগী ম্‌রবা থম্মোয়গী মন্দিরদা অকবা গুনবু হোৎহনবা পাম্নবদি, অহানবদা মহাক্কী হকচাংদগী ফত্তবা দোষশিংবু চুমথোক্লগা অক অকবা গুনগী লমচৎ পিবিগদবনি। ওঝানা ছাত্রশিংবু ত্যাগ, অচম্বা পুন্সি, লমচৎ ফজবা, ইকাইখুম্নবা, মরম ওকপা অমসুং মতম নিংথিজনা শিজিন্ন-নিংবগী ৱাথল লৈহলনিংলবা অচুগা ঐগী ছাত্রশিংবু উচেক-ৱায়া হাত্তুনা চাবা, লিচৎ মাংহনবা থম্মোয় ঈথক হোৎহনবা পিকচর কয়াবু য়েংহনবনচিংবা পামদ্রবদি মখোয়দগী হান্নবা হায়বিবা দোষশিং অসিদগী ওঝা মশামক্লা ঙাক্লা চংকদবনি। অসিঙন্নবা ইন্দ্রিয়খুদুম চন্নবা ওঝাগী লমচৎকী শেংলবা ৱাথলশিং অদুগী মমি মাগী ছাত্রশিং অদুদা শোইদনা তাগনি। ওঝাগীদমক্তা মসি অরাবা থবক নত্তে। মহাক মশামক ত্যাগ অমসুং সংয়মগী লমচৎ ফজবা ওইগদবনি। হোয়! হৌজিক মানা মরৈবু য়েংনরে লক্লগা মরম অমদবু ওইরে ছাত্রশিংনা তমজনিঙাই ওইবা মওং থমগদবনি হায়বসিগী ৱাথল মতম চুপ্পদা তৌগদবনি। মসিমক দেশকীদমক মহাক্কী চাংদমদিঙাই লৈত্রবা সেবানি অমসুং হৌজিক্কী নিঙতম্নবা ভারততা চিঙ্গাক, ফিজেৎ অমদি পোৎথোকশিংদগীসু

N. B. ত্যাগ—থাদোকপা।

হেন্দোক থোইদোক্না মতিকচাবা অমসুং পুক্নিং লাকসিনবা ঙম্বা, থবক ঙম্বা মীগী দরকার লৈ; মখোয়গী মথুত্তা দেশকী থুর্জী লাকলে

# "শিক্ষা"

শিক্ষাগী মতেংনা কনাগুম্বা মীগী নত্রগা সমাজগী মরুদগী শেংদোকপগী চাওখৎপদু কংই। মসিমক মীশক অদুগী নত্রগা সমাজদুগী অশেংবা মওংদা থেন্নবা মওং থর লৈ। মরম অসিনা ভারতকী শিক্ষাগা অতৈ রাষ্ট্রগী শিক্ষাগা চাংদম্নবদা থেন্নবা হায়বসি মশানা তাবনি। শিক্ষাদা লমচৎ ফজবগী য়াম্না মতিক মগুন্না থল্লবা মকম লৈ। শিক্ষা ফংলবা মীওই অমসুং ফংদবা মীওই চাংদম্নবদা শিক্ষা ফংলবা মীওইনা সমাজগী কান্নবগী পোৎথোক পিবা হেল্লি।

মশাগী ইন্দ্রিশিংবু লাকশিনবা ঙম্নবা মী মতম চাম্না নিংথিজনা থৎখোৎলদনা রা ঙাঙবা মী, মহাক্কী রাঙাঙ খুদিংদা মীপুম খুদিংনা থাজরবা, চুমদবা থবক্তা আত্মা কৎথোকপা ঙমদবা পুম্নমক অসি লমচৎনি। অসিবু নিংথিজনা পাংথোকলিবা অমসুং ঙাক্না চৎলিবা নিপা অদুগী লমচৎ মওং মতৌ অদুবু ফজবা কৌই। সমাজ অমসুং পারিবারগী লমচৎ ফজবা অহন লম্মনশিংনা

---

N B. শিক্ষা—মহৈ মশিং, রাষ্ট্র—লৈবাক

অচুম্বা লমচং চংলবা অমস্তুং লিচং অসিদা মখোয়না মথুক খোংবশিংগা অদুগা হন্তবশিংগা তিম্ন—তোংনবা, কম্মিন চামিন্নবা অমস্তুং য়ারী য়াতাই শাবা মদুমক মতৌতম্বা, লমচং অদুমক চংপা অঙাংশিং অমদি নহায়োলশিংগী তৌগদবা মখৌনি। অসিগুম্বা ধর্ম্মচেনবা লমচং ব্যাবহার কজবা নহায়োনশিং অসিনা য়াষ্ট্রবু অৱাংবা পান্ত্রা থাংগৎলি। মসিবু য়াহৈ অমরোমদা হায়ন্নবদি মমাংঙৈদগী চংনরকপা আচার ব্যবহার অদুমক কাইদনা হৌজিক ফাওবা চংপগুম্বনি। হায়রিবা ব্যাবহার অসিমক দেশ অদুগী নত্রগা সমাজ অদুগী য়াম্না কান্নরবা লোনচং অমা ওইবা য়াই। মসিগী মতুংইন্না চংলিবা মী অদুবু দেশ অদুগী অমদি সমাজ অদুগী লমচং শেমলিবা মীনি। অহল লমংগী শাজং লিচংকী মতৌতম্বা মখোয়গী লমচং অদুদা চঙজকম লৌরিবা মী অদুনা য়াবেমঙাংদবা অমদি অচুম্বা পাম্বা মী অমা ওই। অচুম্বা (সত্য) হায়বসি চাওরবা কল্লবা গুন অমনি। মসিগী মতেংনা মীওইবনা দেশ বিদেশতা নত্তনা লোক—পরলোক ফাওবদসু মিংচং ফংবা ঙমই।

অহল ওইরবা ফাওবদা সংসারগী ফংঙমদ্রবা লনবু নোংমদ্দা, থা অমদা, চহী অমদা ফংবা ঙমই। অদুগা লমচং হায়বসিদি করিনো? লমচং ফজবা হায়বসি নোংমদা ওইত্রা? চহী অমদা ওইত্রা? চহী অহুম মরী অতৎপা লৈতনা হোৎনবদগীসু ফংবা

N B. পরিবার—ইমুং মনুং, আচার—লমচং

ওমদে, অহলগি মতমদদি অত্তুৎপা লৈতনা হোৎনদ্রবসু ফংই। কন্না হোৎনবা অমসুং লনথুনগী মচেংনা বিদ্যাসু ফংবা ওমই। অদুবু লমচৎ ফজবা হায়বসিদি ঈশ্বরগী ওমথৈ লৈতনা সুংশিবা অমসুং গুরুগী বরদান নত্তনা কনা অমত্তনা ফংবা ওমদে, মসি হোংবা লৈত্রবা অচুম্বনি। য়োৎশুবনা য়োৎকী খাঙেলশিংবু য়োৎ য়েকমদা থল্লগা সুংথংনা ফুর ফুরগা অকনবা প্যাত ওইরকই। মওং অদুম্না ছাত্রসু গুরুগী মনাক্তা লৈদুনা মাবু চৈবা, থিংবা য়ারক রাত্তেম্মগা লোইন লোইন্না ফু চৈবা ফাওবা দগি পিরিবনি খন্দদুনা গুরুগী মঙ্গলগী মশক ওইরবা বরনি হায়না খল্লবগী তুংদা লমচৎ ফজবগী সিদ্ধি ফংই। লাইবক থিবদগী দেশকী গুরুগী মতিক মগুনগী মমাংঙৈগী মরী অদু পুমতৎ তৎখ্রে। ওসি মনিংতম্বা ভারততা অরঙবা মতিক মগুনশিং অদু নোনা লিংখৎনবগীদমক্তা গুরু শিষ্যগী অসেংবা তমজনিঙাই ওইবা ব্রহ্মাগী মশক ওইরবা ভারতকী লমদমগী লাইরিক তক্ষমশং অমুক হন্না লিংখৎকদবনি। বিদ্যামন্দিরশিং দগী ছাত্র গর্গ, গৌতম, কপিল কনাদগুম্বা দার্শনিক; মনু, য়াজ্ঞবলক্য, চানক্যগুম্বা রাজনীতি হৈবা নল নীলগুম্বা বিজ্ঞান হৈবা কলাকার, ব্যাস, ভাস কলিদাস, তুলসীদাসগুম্বা অমর কবি, ভগবান শঙ্কর, রামানুজ, গৌরাঙ্গ, অসুম্বা আচার্য্য অমসুং রানাপ্রতাপ, শিবাজী গুরু গোবিন্দসিং-হগুম্বা লাম্মী অমসুং গোখলে, লোকমান্য তিলক, মহাত্মনা মালবীয়

---

N B সংস্কার — শেংদোকপা; অমর — শিবা নাইত্রবা

মহাত্মা গান্ধীগুম্বা দেশপু লানবিথা গুম্বা থোরক্কনবা মীশৈবাগী সভ্যতাগী অমকপা সংস্কারশিংদগী মৈথু চুরগা লমদমগী পুংশিং অসিবু শেংদোক্লগা ভারতপু তশেংনা মমাংঙৈগী ভারত ওইহনসি।

অসিগুম্নবা অথোইবা গুরুগী থবক অসি সুপ্নগী গর্ভমেন্টকী থোরাংদগী পাংথোকপা ঙমলোই। গুম্বা তারবস্থ ওঝাশিংগী মতেংদগীনি ওঝাগী পরেংদস্থ লাইরিক লাইশু হৈরে, মথোয়দা মপান্থোংগী জ্ঞানগী অথওবশিংদুনা নিক্কনবা লৈরি। শিক্ষাদা লমচং ফজবা হায়রবসিনা মরুওইবা মকম ওইগদবনি। লমচং য়াওব্রবা লাইরিক হৈবা মীশিংসি তশেংবমক হিংচা য়াইতম্বগুম্ব লমচং চংলি। হৌজিক্তা মসিদা থোশাহোদবা দেশকীদমক্তা অচৌবা অপনবা থুদোংথিবা অমা ওইরগনি। ছাত্রশিংদা অরাংবা ভাব অমম্লুং ইকাইথুম্নবা লমচং ফজবগী অচেংপা সংস্কার তৌবা, অতংপা লৈতনা হোংনবা দরকার ওইরে। হায়রিবশিংসে ছাত্রশিংগী মুমিং থুদিংগী থবক ইনথাংগী মথা পোল্লি।

---

## "মহৈদা লমচংকী কান্নবা"

অঙ্গ্রেজদি ভারতকী চংখ্রে, অদুবু অঙ্গ্রেজগী মতৌ হৌন লোনচং অদুদি চংথিদে হায়বদা চিংমনিঙাই করিস্থ লৈতে। কম মচা মচাদগী হৌরদুনা ভারতকী কেন্দ্র কাওবা লমচং অসিদা পামজ্জে। মসিগী ফল ওইনা ঙসিস্থ অঙ্গ্রেজীগী মতৌ অহুমক তুংদুনা লৈরি।

ফিজেৎ লাকচেৎতগীনা চাকচা ইথক কাওবা অঙ্গ্রেজীগী নমুনা তমজরী অমসুং নাপন্গা লোইন্না তোরি। শিজিন্নবদা অঙ্গ্রেজীগী মমাংদা ইমালোনবু করিসু লৈতবা অমগুম থোশানরক্লে। ইরৈ-বাক্কী ইমালোন নুংশিবগী সংস্কার অদু শেম্লগা মাবু লুনা অমসুং মপাঙ্গল কনখৎহল্লবদি অদুগুম্বা লৈতেংদুদি সংস্কারবু লাংহনবনি। করিগুম্বা দেশ অমগী নহারোলশিংগী থম্মোয়দা মমাগী অথোইবা শ্রদ্ধা অমা লৈবাক্কী লোন্দা য়াম্না পাম্বা অমসুং মমা লৈবাক্কীদমক অরেপ্পা ভক্তিগী ঈচেল অদু চেন্দ্রবদি দেশ অদু মনিং মথা তম্বা লৈররোই। ঐখোয়বু পোকপী ইমানে, ইমালোননে অমসুং ইমালৈবাকনে অহুম অসি দেশকী থরাইনি। মখোয়শিংবু থোওইদনা তৌব দেশ অমত্তনসু হিংদুনা লৈবা ঙমলোই। মরম অসিনা ঙসিগী ছাত্রগী থোদাংদি ইমা ইপাগী সেবাদা পুক্নিং হকচাং য়াওনা তৌগদবনি। রাষ্ট্রভাষাবু ঙাকপসি রাষ্ট্রগী ঙমখৈ-দগীসু হেন্না ইকাইখুম্নবা অমসুং কান্নবা ওই। রাষ্ট্রগী ঙমখৈ মুৎথ্রগসু অমুক থোরকপা ঙমই। তৌইগুম্বমসুং রাষ্ট্রভাষা মুৎ-থ্রবদি অমুক হৌগৎলকপা অমসুং হিংগৎলকপা ঙমদ্রে। রাষ্ট্রভাষা মুৎথ্রবদা রাষ্ট্র অদুনা হিংদুনা লৈবা ওইথোক্তে, মরম অসিনা ছাত্রশিংগী তৌগদবা থোদাংদি য়াম্না পুক্নিংচঙনা ইজাতিগী ইরোলবু ইকাই খুম্নবগা লোইননা চাওখৎনবগীদমক অমসুং শন্দোক্নবগীদমক মতম পুন্নমক্তা রাখল তৌগদবনি। মায়কৈ অসোমদা অপুনবা ওঝাশিংগী তৌকম থোকপা অমসুং ফংকম থোকপসু ঙসি খুমাং

---

N. B. শ্রদ্ধা—ভক্তি, নোল্লুকপা, রাষ্ট্রভাষা—লৈবাক্কী লোন

য়ানশিনবা হেনগৎলকলি। ইমা, ইমালৈবাক, ইমালোনগী সেবাগী পারাশিং অদু মখোয়না লাইরিক তম্ফম মন্দিরশিংদা তম্বীবা ওমই, অাঙ্গ্জগী মতমগী ছাত্রশিংগী চাম খুদিংগী পরিক্ষা কলগীদমক লাইরিক তম্বীবদু ওঝাশিংগী থবক্তি থনবিরোইদবনি। মসিগা লোইন লোইননা ছাত্রশিংগী লমচত্তা পূক্নিং চংশিনবীদুনা মখোয়বু মথৌ মশক থওবা অমসুং মতিকচাবা নাগরিক ওইহনবা ওঝা-শিংগী থবক্তি। জ্ঞান তম্বীবগা লোইন লোইন্ন জ্ঞান অদুগী শি-জিন্নবগী শিক্ষাসু পিবিগদবনি। মসিনা মপুং ফারবা ছাত্র লমচৎ ফজবা অমা ওইনা লাইরিক তম্ফমশংদগী থোকহনবা ওমগনি। লমচৎ নাইদবগী তমখিরবা লিচৎশিং অসিবু অমসুং ফত্তবা নুমিৎশিং লাক্কনবগীদমক ছাত্রশিংগা লৃরবা থম্মোয়গী মন্দিরদা লমচৎকী ফজবা মরু হুম্নবগী থোঙচত্তা ওসিগী ওঝাশিংনা য়াম্না চেকশিন্না নৈনদুনা রাখল তৌদুনা লেরি। থবক অসি ওঝাশিং নত্তনা অতৈ অতোপ্পনা তৌবসু ওংলোই। স্কুলগী তম্নবা লাইরিক তম্বগা লোইন লোইন্না ছাত্রশিংগী রুটিনদা থোইদোক্না য়েংশিনবিগদবনি। অয়ুক হৌগৎলকপদগীনা অহিং তুম্বা ফাওবগী ছাত্রশিংগী থবক ইনথাং পুন্নমক্ত, নুমিৎ কয়ানি মরুমদং চেকশিন্না য়েংশিল্লবা তশেং-নমক ছাত্রশিংগী লমচত্তা, রাখলদা য়াম্না ফজরবা পুন্সি অমা ওল-লকপা উগনি। মতম অদুদা অসিগুম্বা ছাত্রশিংগী থম্মোয়দা অপোকপি মমা, মমা লৈবাক মমালোনগীদমক শ্রদ্ধা অমসুং ভক্তিগী অতৎপা লৈতবা ঈচেল অদু চেন্থহনবা ওমই।

# "হকচাং লায়না চেন্দবা"

মীওইবগী মপুং ফারবা হেন্দোক থোইদোকপা অ'ন হায়বসি শিক্ষা নত্তনা ফংবা ঙমদে। করিগুম্বা শিক্ষা অদু ফংবা থোক্লবসু মশা ফত্রবদি মঙোন্দগী মশাগী অমসুং সমাজগী করিগুম্বা কান্নবা অমতা তৌবা ঙমদে। মরম অসিনা "আরোগ্য মলমুত্তমম্" হায়বদি লায়না পক্তবা অমসুং তিঞ্জেন লাইচেন্দবনা অথোইবা মরুনি। মসিগী মতুংইন্না মীওইবগী হকচাংগীদমক্তা হকচাংফবা হায়বসিনা খ্বাইদগী মরুওইবনি হায়নরি।

মীওইবনা, শহর ঙাকলিবা মুপা অমনা মাগী শহরগী অমসুং সারথীনা মাগী রথকী য়েংশিন—থোৎচিনবা অমদি কন্নবা হোৎনবদা পুক্রিংচঙবগুম এথোয়না হকচাংগী ঙাকশেনবদা পুক্রিং চঙগদবনি।

---

# মশাফবা মীগী মওং

হকচাংদা মাত পিত্ত অমসুং কফ অহুম অসিনা চপ মান্নন মশাগী থবক তৌরিবা, চাবা নিংথিনা তুম্লিবা অদুগা মাগী আত্মাগী ইন্দ্রিশিং অমসুং পুক্রিংনা মতম পুম্নমক্তা নুংঙাইনা লৈরবা অসিগুম্বা মীশিং অসি মশাফবা মীগী মমুং চল্লি।

N. B. মলমুত্তমম্—ফত্ত—হাওদিনচিংবা হকচাং মমুংদা লৈবা।

হকচাং কনা থম্মবগীদমক্তা মীওইবনা মাগী মুমিৎ খুদিংগী থবক্ ইনথাং, মুমিদাংগী রুটিন অমসুং ঋতু খোঙচৎকী রুতিন্ ঙাক্লবগীদমক আয়ুর্বেদিক্কী নিয়ম মতু-ইন্না চৎপা দরকার ওই। আয়ুর্বেদগী অচুম্বা নিতিগী তৌগদবা রুতিননচিংবা মতুংইন্না চৎলিবা মীনা কৈদৌঙৈদসু ল'য়না পকপা মী ওইরোই। মথোয়গী নিয়ম ওন্ন তৈন চৎপদগী মীওইবনা লায়না কয়ামরুমদগী অব্রাবা থঙই। মশাকত্তবা মীশিংসু নিয়ম অসিগী মখাপো:ন্না চৎলবদি মশা মউ কবা মী ওইবা ঙমই। নিয়মগী মতুংইন্না থবক তৌননবা হোৎনবদা কেরেং—তুরেং কোইনবগী মতম ফংদে। মহাক্না মসিগী মতুংইন্না থবক তৌবদা পুক্নিং চঙদুনা লৈ। মশাগী নিতিগী থবক ইনথাশিংবু নিংথিনা তৌবা ঙম্লিবা ছাত্র অদুমক্তা সমাজদা করিগুম্বা থরদি উৎপা ঙমলে। ঙসিগী থবকপু হয়েং, হয়েংগী থবকপু হ:চিংতা থংদোকপা ছাত্রনা কৈদৌঙৈদসু মাইপাকপা ঙমদে। ঙসিগী থবকপু ঙসিমক তৌবগী হৈনবসু থম্বা ঙম্নবদি মহাক অদু সমাজদা অচৌবা থবক কয়া পাংথোকপা ঙমগনি।

---

## অয়ুক হৌগৎপা

ছাত্রশিংনা মশা মউ কনা লৈনবগীদমক তপ্ন তপ্ন ঈশ্বর নিংশিংদুনা ব্রহ্ম-মুহূর্ত্ত (মুমিৎ থোক্কদব পুং ২½গী মমাং) দা মিকপ থোক্তুনা গুরুগী মানসিক প্রার্থনা তৌগদবনি। অয়ুক্কী

---

পিত্ত—মশিংঘা; কফ—লোক; বাত—নুশিৎ; আয়ুর্বেদ—মাইবগীবিদ্যা নত্রগা ধনবন্তরিন লেংবা লাইয়েং লাইরিক

মুংশিৎ অসি শেংই অদুগীসু মথক্তা হকচাং ক্ষগৎহল্লি। অয়ুক্কী মুংশিৎনা হকচাংদা য়ৈবদগী পুক্লিং মুংঙাই হকচাংদা পাঙ্গল পোক্লকপগা লোইন লোইন্না শক্তি হেনগৎলকই। অহিং-মুংখিল য়েংনবদা অয়ুক হায়বসিনা ব্রাথল খনবা নি·শিংবগী পাঙ্গল পোকপা অমম্ভুং বুধিগী থবক্তা য়াম্না চাওখৎপা হেল্লি।

লুখুমদা থমল্লিবা ঈশিংগী পাত্রদগী ঈশিং য়্নাওম সঞ্চারক তেংথোক্লগা ঈশিং থর থকউ। অস্নম অস্নম হৈনরবা মতুংদা ঙমজবা মথৈ থকপা য়াই। অদুগী হেক মতুংদা ক্ষমুংদগী কুমথবা মতমদা ভারত মাতাগী স্বরূপ নিংশিংদুনা পৃথ্বীদা খোঙথাবগী মরাল ঙাক-পিনবা হায়জগনি। হায়জবগী ৱাহৈদি “হে সমুদ্র মওংগী ফিজোল থোল্লিবী চীঙগী মপৈনা খোম্নাংগী শক্তমবু লৌরিবী পৃথ্বী দেবী! নমাইনা খুরুমজরি”। অদুগী তুংদা ঐগী ক্ষমুংগী ফিরোন কাম্বুন-চিংবা পুম্নমক মরোল নাইনা থুপচিন্দুনা মক্ষম চানা নিংথিজনা থমগনি। অদুগা মঙোন্দগী মথকথোংবশিংবু (হৌগৎলবশিংবু) খুৎ লোম্নদুনা খুরুমজগনি হৌগৎত্রিবা ওইরগনা পুক্লিংনা খুরুম-জগনি। অদুদগী ঈশিংগী পাত্র লৌরগা খোঙ-হামক্ষমদা চৎকনি। খোংহামক্ষমগী থ্বাইদগী ক্ষবা মফমদি বস্তিগী মপান্দা লমহাং কোমশিংদা ওইগনি। তৌইঙম্বস্থং মতম অমদি খুদোংচাবগী মতুং ইম্না শহরগী মনুংদা লৈবা খোঙহামক্ষমশিংদা চৎপা য়াই। অদুবু মখোয়দুস্থ তরু তহেনবা হায়বসিমদি চেকশিনগদবনি। অমাংশংদা চঙবা মতমদা য়্নামদ্রবদা ঈশিং বালটি অমা শিজিন্নগদবনি। মসিদগী

স্বরূপ—মওং,

নমথি হঙ্গোইবনচিংবা খোরকপা ঙমল্লোই। মুংশিৎকী খোঙচৎকী মতুং ইন্না য়ারিবমথৈ ওনবা কৈ।

## খুৎ শেংদোকপা

খোংহামকন্নদগী খোরক্লগা অশেংবা লৈতান অমস্তুং ঈশিংনা খুৎ নোইথোক্কদবনি। য়ামদ্রবদা মঙ' তরুকলক্ লৈখোম নোইথোক্কদবনি; ঈ শিংনা শেংনা চামথোক্কদবনি। মসিগী মতুংদা য়ামদ্রবদা চিন মাপললক হন্না তেংগদবনি। মতম অদুদা মিৎ-মাই, নাকোং অমস্তুং নাতোন মখুন্নচিংবা অকবা অমস্তুং অরূবা ঈশিংনা শেংদে ক্কদবনি। মসিদগী তরু তরুনা মুংঙাইরগনি। সাবনগা চাংদম্নবদা লৈখোম শিজিন্নবনা লায়বা অমস্তুং হকচাং ফবা য়াম্না হেল্লি। ঙন্না মথৈ ঐখোয়না লৈখোম শিজিন্নগদবনি। হন্না হন্না সাবন মতুম অমা শিজিন্নদুনা লৈবদগী মদুনা হেন্না কৈ। পাত্রন-চিংবা শেংদোকপা মতমদস্তু লৈখোম অমস্তুং উৎনা তৌনৈ। খুৎপু মুপ্পগী সাবন্না হাম্বনা য়াম্না শেংবা ঙমদে। পৃথীনা মনম পুন্নমক পোকপনা করিগুম্বা ফত্তবা মনম অমবু মাংহন্নবগী শক্তি লৈবা হেল্লি।

---

N.B.—মুহূর্ত্ত - অরেপ্পা মতম, মুমিৎকী ৩০ খোকপগী শরুক অমা; মানসিক—পুক্নিং।

# ইরুজবগী নিয়ম

ইরুজদ্রিবৈগী মমাংদা হঙ্গাম থাওনা হকচাং পূন্নমক নাই-রবদি হকচাং ফবা হেনগৎলি। থাওবু ইচম চম্না তৈবদগী কান্নবা যাম্না ফংদে যাম্না নিংথিনা নোইরবা মতুংদা থাওশিং অসিনা তুখোঙদা চংলক্তুনা শরূশিংবু মপাঙ্গল কলহল্লি। ঐখোয়না করি-গুম্বা ইরুজবা মতমদা থাউ নোইরগা ইরুজগদবনি। অদুগা ইরুজ-থোক্ত্রবদি তুখোংগী লম্বীদা অপনবা পিরকই। মুমিৎ খুদিং ইরুজবগী নিয়ম অইংবা ঈশিংনা ইরুজরবদি থোইদোক্লা হকচাং কৈ। নিংথম-থাদদি অশাবা ঈশিংনা ইরুজনৈ। চীঙগী লমদমশিংদদি অশাবা ঈশিংনা ইরুজগদবনি। অইংবা ঈশিংনা ইরুজবা তারবদি মাই হন্না তাথোক্কদবনি। তুরেন্দা ইরুজবা তারবসু মপান্দা ফম্লগা ইরু-জদ্রিবৈগী মমাংদা মায় তাথোক্কদবনি। মতুংদা ইরুজবগী থবক পাংথোক্কদবনি। অচোৎপা খুদৈ, গমছা অমসুং ফদিনা নত্রগা খুৎনা নোইদুনা তক্তুনা ইরুজগদবনি, মদুনা তুখোংগী মখুনশিংদা লৈরম্বা অমোৎ অকাই পুন্নমক চৎথোকখিদুনা হকচাং মুংঙাইগনি। ইরুজবা লোইরগা অকংবা গমছানা নত্রগা অচোৎপা ফদি অদু শেংনা শুদোক্তুনা শুমদোক্লগা হকচাংদ তক তক্তুনা শেংনা তৈ-থোক্কদবনি। অদুগা অচোৎপা ফদি অদু অমুক শেংনা শুদোক্ক-দবনি। অচোৎপা গমছা নত্রগা ফদি শুদোক্লগা মদু শেৎলগা মাগী কৈজোম অদু শুদোক্তুনা অকবা মকম অমদা কোদোক্কদবনি। খুজাই কেংদোক্লগা মদুদা ঈশিং পিকথম্না শোক্লগা কা মমুংদা থমগদবনি। মতম অদুদা অকংবা কৈজোম হোংদোক্কদবনি। কৈ-জোমগী ফীগা লেংওত্তা অমা থমগদবনি।

# ইষ্টদেব নিংজবা

পুক্লিং তোঙান তোঙানবগী মতুং ইন্না ইষ্টদেবগী মওংদস্থু থেংনবা হায়বসি হৌনশানি। মরম অসিনা ছাত্রশিংনা মশাগী পুক্লিংগী হৈনবগী মতুংইন্না মওং নাইবা ইষ্টদেবগী চিত্র অদু মাগী কা মন্নুংগী থ্বাইদগী অরাংবা থমকম অমদা থমগদবনি অমস্তুং য়াম্না ইকাইখুম্নবগা লোইন্না মিকুপ থরদং পুক্লিংগী স্তুতিগী মওংদা নিংজগনি। লৈ স্থু য়াওদ্রবস্থু ধূপ বর্তীদি থাগদবনি। অস্তুম তৌ-রবদি পুক্লিং শেংদোকই। লাইবু নিংশিংবদগী পুক্লিংগী পাঙ্গলস্থু হেনগৎলি। মওং অস্তুন্না লাই খুরুম্বগী ধূপকী মনম্না কা অদু মনম মুংশি অমস্তুং কা অদু তরু তরুই। ছাত্রশিংনা মখোয়গী অসিগুম্বা আরাধ দেবগী মওং অদু মুমিৎ খুদিংগী নিংশিংজবদগী মপুং ফাবমক ফংদ্রবস্থু থন্না নত্রগা থরদি মচেৎ ওইনা নিংজবা রাথল অদু পোকপা ঙমই। মরম অসিনা ছাত্র খুদিংমক্না মশা মশাগী হৈনবগী মতুং ইন্না মহাক মহাক্কী ইষ্টদেবগী শ্রদ্ধাগা লোয়ন্না নিংজগদবনি। ছাত্রগী ফিভমদা পুক্লিংবু লাকশিনবা ঙম্নবগী থ্বাইদগী হেন্দোক-থোইদোকপা উপায়দি মসিনি। অনুভব লৈরবা ওঝা-শিংগী পাওতাক্কী মতুং ইন্না সূর্য-নমস্কার অমস্তুং আসনচিংবস্থু তৌবা য়াম্না কান্নৈ। নত্রগা কা মন্নুংদা দন্দবৈঠক মিনিট মঙাদং তৌগ-গদবনি। দন্দবৈঠক অসি চরা রাল্লবগী মতুংদা তৌগদবনি।

---

আরাধ—নিংজবা, লাইনিং; অনুভব—রাথল; দণ্ডবৈঠক—হৌগৎ-কমথ;

# চয়া য়ানবা

হুকচাং কনবগীদমক চনা অহিঙবনা চয়া য়ানবা য়াম্না কায়ে। কালেনদা মৈতৈ থুমগা লোইননা চনা মতোন থোকপগা, অদুগা নোংজুথাদা চিনিগা লোইননা অকঙবা চনা নিংথমথাদা থুমগা লোইননা অঙোবা চনা, চাবা থোইদোক্না কায়ে। দশা খুদিংমক্তা শনগী শঙ্গোম পয়া অমা থকদবনি। শঙ্গোম থকপগা ইশিং থকলোইদবনি। সুপ্নগী চিন্দমক তেংথোকদবনি। য়ারি-বমথৈ চজিক শিজিন্নরোইদবনি।

# "লাইরিক লাইশু পাবগী য়াখল"

অমুক্তা থবক ইনথাং লোইশিন্নগা ছাত্রশিংনা মাগী পাগদবা হিরমশিংগী হোৎনবদা চৎথগদবনি। পুং তরুক্তগী নিপাল মথাই কাওবা বিষয় খুদিংমক্কী য়াখল তৌগদবনি অমসুং য়াম্না নৈনগদবনি। পাবা ঙমলিবা শরুক অদুমথৈদি কজনা খঙবা ঙমলবা হোৎনগদবনি। য়াখল তৌবা মতমদা মতম চাবা মদুবু নিংশিংবা পুক্নিং চঙবা অমসুং মথক্কী পাথিবা শরুকশিং অদুদা আলোচনাগী মওংদা য়াখল তৌবা নৈন—খোৎনবা য়াম্না তৌগদবনি। মওং অসিদা হোৎনরিবা ছাত্রশিংনা মতিকচাবা

দশা—কিদম, গ্রহশিংগী

মমথি হঙ্গোইবনচিংবা থৌরকপা ওমলোই। নুংশিৎকী খোঙচৎকী মতুং ইন্না য়ারিবমথৈ ওনবা কৈ।

## খুৎ শেংদোকপা

খোংহামকমদগী থোরক্লগা অশেংবা লৈতান অমস্তুং ঈশিংনা খুৎ নোইখোক্কদবনি। য়ামদ্রবদা মঙা তরুকলক্ লৈখোম নোইখোক্কদবনি ; ঈশিংনা শেংনা চামখোক্কদবনি। মসিগী মতুংদা য়ামদ্রবদা চিন মাপললক হন্না তেংগদবনি। মতম অদুদা মিৎ-মাই, নাকোং অমস্তুং নাতোন মখুন্নচিংবা অকবা অমস্তুং অরূবা ঈশিংনা শেংদে ক্কদবনি। মসিদগী তরু তরুনা নুংঙাইরগনি। সাবনগা চাংদম্নবদা লৈখোম শিজিন্নবনা লায়বা অমস্তুং হকচাং ফবা য়াম্না হেল্লি। ওম্বা মথৎ এখোয়না লৈখোম শিজিন্নগদবনি। হন্না হন্না সাবন মতুম অমা শিজিন্নদুনা লৈবদগী মদুনা হেন্না কৈ। পাত্রন-চিংবা শেংদোকপা মতমদস্তু লৈখোম অমস্তুং উৎনা তৌনৈ। খুৎপু নুপনগী সাবন্না হাম্বনা য়াম্না শেংবা ওমদে। পৃথ্বীনা মনম পুন্নমক পোকপনা করিগুম্বা ফত্তবা মনম অমবু মাংহন্নবগী শক্তি লৈবা হেল্লি।

---

N.B.—মুহূর্ত্ত—অরেপ্পা মতম, নুমিৎকী ৩০ থোকপগী শরুক অমা ; মানসিক—পুক্নিং।

# ইরুজবগী নিয়ম

ইরুজদ্রিঙৈগী মমাংদা হঙ্গাম থাওনা হকচাং পূম্নমক নাই-রবদি হকচাং ক্ষবা হেনগৎলি। থাওবু ইচম চম্না তৈবদগী কান্নবা য়াম্না কংদে য়াম্না নিংথিনা নোইরবা মতুংদা থাওশিং অসিনা তুখোঙদা চংলক্তুনা শরূশিংবু মপাঙ্গল কলহল্লি। ঐখোয়না করি-গুম্বা ইরুজবা মতমদা থাউ নোইরগা ইরুজগদবনি। অদুগা ইরুজ-খোক্তুবদি তুখোংগী লম্বীদা অপনবা পিরকই। মুমিৎ খুদিং ইরুজবগী নিয়ম অইংবা ঈশিংনা ইরুজরবদি থোইদোক্লা হকচাং কৈ। নিংথম-খাদদি অশাবা ঈশিংনা ইরুজনৈ। চীঙগী লমদমশিংদদি অশাবা ঈশিংনা ইরুজগদবনি। অইংবা ঈশিংনা ইরুজবা তারবদি মাই হম্না তাথোক্কদবনি। তুরেন্দা ইরুজবা তারবসু মপান্দা ক্ষম্লগা ইরু-জদ্রিঙৈগী মমাংদা মায় তাথোক্কদবনি। মতুংদা ইরুজবগী থবক পাংথোক্কদবনি। অচোৎপা খুদৈ, গমছা অমসুং ফদিনা নত্ত্রগা খুৎনা মোইদুনা তক্তুনা ইরুজগদবনি, মদুনা তুখোংগী মখুনশিংদা লৈরম্বা অমোৎ অকাই পুম্নমক চৎথোকখিদুনা হকচাং মুংঙাইগনি। ইরুজবা লোইরগা অকংবা গমছানা নত্ত্রগা অচোৎপা ফদি অদু শেংনা শুদোক্তুনা শুমদোক্লগা হকচাংদ তক তক্তুনা শেংনা তৈ-থোক্কদবনি। অদুগা অচোৎপা ফদি অদু অমুক শেংনা শুদোক্ক-দবনি। অচোৎপা গমছা নত্ত্রগা ফদি শুদোক্লগা মদু শেৎলগা মাগী কৈজোম অদু শুদোক্তুনা অক্ষবা মক্ষম অমদা ফোদোক্কদবনি। খুজাই ফেংদোক্লগা মদুদা ঈশিং পিকথম্না শোক্লগা কা মতুংদা থমগদবনি। মতম অদুদা অকংবা ফৈজোম হোংদোক্কদবনি। ফৈ-জোমগী ফীগা লেংওত্তা অমা থমগদবনি।

# ইষ্টদেব নিংজবা

পুক্লিং তোঙান তোঙানবগী মতুং ইন্না ইষ্টদেবগী মওংদস্থ থেংনবা হায়বসি হৌনশানি। মরম অসিনা ছাত্রশিংনা মশাগী পুক্লিংগী হৈনবগী মতুংইন্না মওং নাইবা ইষ্টদেবগী চিত্র অদু মাগী কা মনুংগী খ্বাইদগী অরাংবা থমকম অমদা থমগদবনি অমসুং য়াম্না ইকাইখুম্নবগা লোইন্না মিকুপ খরদং পুক্লিংগী স্তুতিগী মওংদা নিংজগনি। লৈ স্থ য়াওত্রবস্থ ধুপ বর্তীদি থাগদবনি। অস্থম তৌ-রবদি পুক্লিং শেংদোকই। লাইবু নিংশিংবদগী পুক্লিংগী পাঙ্গলস্থ হেনগৎলি। মওং অস্থন্না লাই খুরুম্বগী ধুপকী মনম্না কা অদু মনম মুংশি অমসুং কা অদু তরু তরুই। ছাত্রশিংনা মখোয়গী অসিগুম্বা আরাধ দেবগী মওং অদু মুমিং খুদিংগী নিংশিংজবদগী মপুং ফাবমক ফংদ্রবস্থ খরা নত্রগা খরদি মচেৎ ওইনা নিংজবা ব্রাখল অদু পোকপা ঙমই। মরম অসিনা ছাত্র খুদিংমক্তা মশা মশাগী হৈনবগী মতুং ইন্না মহাক মহাক্কী ইষ্টদেবগী শ্রদ্ধাগা লোয়ন্না নিংজগদবনি। ছাত্রগী ফিভমদা পুক্লিংবু লাকশিনবা ঙম্নবগী খ্বাইদগী হেন্দোক-থোইদোকপা উপায়দি মসিনি। অনুভব লৈরবা ওঝা-শিংগী পাওতাক্কী মতুং ইন্ন সুর্য-নমস্কার অমসুং আসন্নচিংবস্থ তৌবা য়াম্না কান্নৈ। নত্রগা কা মনুংদা দন্দবৈঠক মিনিট মঙাদং তৌগ-গদবনি। দন্দবৈঠক অসি চরা ব্রাল্লবগী মতুংদা তৌগদবনি।

---

আরাধ—নিংজবা, লাইনিং; অনুভব—ব্রাখল; দণ্ডবৈঠক—হোগৎ-কমথ;

# চরা ৱানবা

হুকচাং কনবগীদমক চনা অহিঙবনা চরা ৱানবা য়াম্না কায়ে। কালেনদা মৈতৈ থুমগা লোইননা চনা মতোন থোকপগা, অদুগা নোংজুথাদা চিনিগা লোইননা অকঙবা চনা নিংথমথাদা থুমগা লোইননা অঙোবা চনা, চাবা থোইদোক্না কায়ে। দশা খুদিংমক্তা শনগী শঙ্গোম পরা অমা থক্কদবনি। শঙ্গোম থকপগা ইশিং থকলোইদবনি। সুপ্নগী চিন্দমক তেংথোকদবনি। য়ারি-বমথৈ চজিক শিজিন্নরোইদবনি।

# "লাইরিক লাইশু পাবগী ৱাখল"

অয়ুক্কী থবক ইনখাং লোইশিল্লগা ছাত্রশিংনা মাগী পাগদবা হিরমশিংগী হোৎনবদা চৎকগদবনি। পুং তরুক্কগী নিপাল মথাই কাওবা বিষয় খুদিংমক্কী ৱাখল তৌগদবনি অমসুং য়াম্না নৈনগদবনি। পাবা ঙমলিবা শরুক অদুমথৈদি কজনা খঙবা ঙমলবা হোৎনগদবনি। ৱাখল তৌবা মতমদা মতম চাবা মদুবু নিংশিংবা পুক্নিং চঙবা অমসুং মথক্কী পাথিব। শরুকশিং অদুদা আলোচনাগী মওংদা ৱাখল তৌবা নৈন-খোৎনবা য়াম্না তৌগদবনি। মওং অসিদা হোৎনরিবা ছাত্রশিংনা মতিকচাবা

দশা—কিদম, গ্রহশিংগী

লাইরিক লাইশু হৈবা মী অমা ওইবা ঙমগনি ! খঙদবা শরুকশিং অদুনা হকচিন্দুনা থমগদবনি। স্কুলদা বিষয় অদুগী মরমদা ভারুকপা মতমদা ওঝাদা হঙলগা খঙদোকদবনি পুঙ নিপাল মখাই ফাওবা পুক্রুং চঙনা থরাই য়াওনা পাগদবনি. লাইরিক ঔরাম্নবা লোইরগা লাইরিক—লাইশু, পেন্সিল কলম অমসুং মুকফুনচিংবা মকম চানা থমগদবনি। অদুগা স্কুলগী রুটিনগী মতুংইন্না নোংমগী থোক্লিবা লাইরিকশিং অমসুং পুগদবা পোৎ-চৈ লাইরিক—লাইশু অমত্তা চিথ—নাস্থ লৈররোই অমসুং স্কুলগী লাইরিক লাইশু তম্বদস্থ অপনবা লৈররোই। ছাত্রশিংনা মশানা চানবা থোং—থাকচগদবনি। মহাক্না মাগী চানবা থোং থাকপদা করিগুম্বা মখলগী খুদোংচাদবা ওইরোই। মহাক্কী মতম নিংথিজবা মওংদা শিজিন্নবা ওইনদুম থোক্কনি। লাইরিক—লাইশু পাবদা অকায়বা করিমতা থোক্লোই। শেল চঙদনা অমগী অপান্বগী মতুংইন্না চানিংবগী মতুংইন্না ইশা ইশানা থোং থাকচবা চাক-ইনশাং অদু য়াম্নসু ফৈ অদুগা হাওসু হাওই।



## "চাবা"

চাবা হায়বসি হকচাং ফহনবগা লোইন লোইনবা মহৈ-মশিং চাওখৎনবগী অমসুং মাইপাকপা ঙম্নবগী মরু ওইবা মরমনি। মীওইবগী অচৎ—চত্তগী থবক ইনথাংশিংদা চাবগী মরী য়াম্না লৈনৈ।

মীওইবনা চাবগী মওং খেন্নবগা লোইন্না থবক্তুসু অসুম খেন্নৈ। চিঙ্গাক্তুগী রস শেন্নী রসতগী ঈ, ঈদগী বীর্য অমসুং বীর্যদগী বুদ্ধি শেন্নী। মীওইবনা বুদ্ধিনা তৌরিবা থবক অদুদা মদুগী মরমদা রাখল খান্না মদুগী মতু ইন্না থবক তৌনবসু লাংতৈক্নে। ফত্তবা থবক্কী কলদি ফত্তে মসি থডনা বুদ্ধি অমসুং বিচারগী খোইশিন্দগী মীওইবনা ফত্তবা থবক তৌই। ফত্তবা থবক হায়বসি ফত্তবা রাখলদগী ওইবনি অদুগা অদুগুম্ব ফত্তবা রাখলশিং অদুদি ফত্তবা চিঙ্গাক চাবদগী ওই। মরম অসিনা ছাত্রশিংনা অচম্বা চাক—ইনশাং চাগদবনি। অচম্বা সাত্ত্বিক ওইবা চিঙ্গাকশিংদি হৌজিক্কী তকপদা ঙাইরিবা হন্নাই, অকন্বা চেংগী চাক, তল, শাক, খঙোম, ঘী অমসুং উহৈ—রাহৈ অসিনি।

## "চাক চারবগী মতুং

চাক চাবা তোকপা মতুংদা অরুবা ঈশিংনা তরুক তারেৎলক তেংথোক্কদবনি। মসিদগী খনাও, য়া অমসুং লৈ তরু তরুনা থম্বা ঙমগনি। চাকচা তোকপগা ঈশিং থকপা কৈ। য়ারক্তা য়ারিদা চাক-ইঙ্গাংগী মচেৎ-মকাই অমত্তা পকহল্লোই-দবনি, পক্লবদি মদু শেংনা লোথোক্লগা চিন তেংথোক্কনি অদুগা ইরোয় লোইবদা অশেংবা ঈশিংনা মাই—মিৎ অমসুং খোং-খুৎ হামদোক্কদবনি। পূম্নমক অসি লোইরবা মতুংদা এলাইচি মরু অনী অহুম, লোং—মপাল অমা অনী তকথায়রগা উমগদবনি।

য়াম্না চেকশিনগদবা অমনা চাক তোকপগা তুমশিনবা হকচাং খাংনবা অমস্নুং পুন্সি ময়েং তানবগী মশক ওই। চাকচাবা তোকপা মতুংদা শোইদনমক য়ুং খয়া লৌথোক্লবা হোৎনগদবনি।

## লাইরিক তমফম চৎপা

ছাত্রশিংনা ঙাইহাক্তুং পোত্থারগা তরু তরুবা ফিরোল হোংদোক্তুনা স্কুল চৎনবা থৌরাং তৌগনি। খন্দোক্তুনা থম্লবা লাইরিকশিংদু অমুক য়েংশিনগনি। শম—না মিংশেল য়েংলগা শমজেৎনা ফজনা হাক্তোক্কনি। লাইবক্কী চন্দন মুৎখ্রবদি অমুক হন্না থিনগদবনি। নোঙ্গাখ্রবা মহামনা মালবীয়জীনা হায় "মহাক অদুগী মাইথোংগী চন্দন মুৎখ্রবদি মহাক্কী পুন্নমক মুৎখ্রবনি।" স্কুল চৎলমদাইদা চৎলগে হায়বনচিংবা য়ুমগী অহল—লমন্দা তাক্লম্লগা ইস্টদেববু নিংজদুনা লাইরিক্কী থাও অদু পুরগা চৎকদবনি। লম্বীদা মতম পুন্নমক্তা ওইথংবা নাকন্দা চৎনবা হোৎনগবনি। লম্বেল চৎপা মতমদা কনাগুম্বা অমদা পিরোইদবনি। লম্বেলদা হয়াও কুম্মৈগী ময়মদা উৎপা থোৎপনচিংবদা মী ময়াম থমশিন্দুনা লৈরবদি নত্রগা করিগুম্বা পুক্লিং থকপা য়াহৈ য়াতানচিংবা হায়দুনা হয়াও-কুম্মৈগী মীখোম্নবগী থৌরাং কয়াদা লেপ্তুনা য়েংলুবদি লাইরম্বুনা চৎলিবা থোংথাং অদু তপথহন্নোইদবনি তিংলাং লিক্লি মচেৎ, সুঙ্গাই, চেক অসিনচিংবা মতুদা লম্বী চৎপা মীশিংনা নেৎলুরগা খুদি থিরগা শোক পনগদবা অদু ওইরবদি মদু লৌথোক্তুনা মী চৎনদবা মফম অমদা হুন্দোকখিগদবনি। মসিসু

চাওরবা সমাজ সেবা অমনি। চৎমিন্নরিবা মরুপ মশাংশিংনা কৈদৌম্নুংদা লম্বীদা থৎনরোইদবনি। লম্বেলদা ওঝা গুরু ব্যাবহার তৌগদবা অহল লমন লাক্লবদি অমস্তুং উন্নরবদি য়াম্না নোল্লুকনা শ্রদ্ধাগা লোইন্না কোক নোনগনি অনস্তুং খুরুমজগনি। ছাত্রশিংনা মহাক্কী মীৎয়েংদা, অনিঙবা অপাম্বশিংদা পুক্নিং লাকশিংগদবনি অমস্তুং স্কুল য়ৌদ্রিফাওবা খুদোংথীবা থোক্লিমথৈবদি লেপলোইদবনি। মতম চানা স্কুলদা থুংনবা হোৎনগদবনি। অস্তুম তৌরবতদা ছাত্রশিংগী বিদ্যাদা থরাই য়াওবা, রাশক চেৎপা অমস্তুং পুম্নমক্কুগী হেন্না ইন্দ্রি ল্যাকশিনবগী অরাইবা পান্থৈ অমনি। লাইরিক তম্ফমশঙদা মুদিৎখুদিংগী মতম চানা থুংবা ঙম্লিব ছাত্র অদু মতিকচাবা ছাত্রনি। মতমচানা স্কুলদা থুংবা হায়বসি ছাত্রশিংগীদমক্তদি ফজরবা গুণ অমনি। ঙম্লিবনি হায়দুনা চৌকিদারনা থোঙ হাঙদ্রিদৈঙদ চাক য়াম্না চাশিল্লগা চৎলগ থোঙ হাঙবা ঙাইদুনা লৈরংদি নত্রগা থবক চিল্লিবনি হায়দুনা থেংনা লাক্লবদি চাওরবা অমস্তুং মাঙনবগী দোষ অমনি: ছাত্রশিংনা য়াম্না নিঙশিংগদবদি লাইরিক তম্ফমশঙদা হেক থুংবগা ওঝাগী মথা পোল্লবনি, মখোয়গী য়াথং মতুংইন্না চৎপদা মী অতোপ্পগীদি লায়রদুনা ইমা—ইপাগী য়াথং ফাওবা তাঙ্গাগী মতুং ইন্না লৌরোইদবনি। মসিগী মরমদা প্রসাদনীনা ইবা চন্দ্রগুপ্ত হায়না কৌবা নাটক অদুদা সিংহরণনা হাম্নখি মতুদি গুরুগী মফমদা লৈরিদৈঙদা গুরুগী য়াথংদমক লৌগনি; অতৈ অতোপ্পগীদি য়ানিংলোই অমস্তুং য়েংলোইদবনি।

# স্কুলদা লাইরিক তম্বগী মওং

ছাত্রশিংনা স্কুলদা লাক্লগা মাগী মাগী ফমককমদা ফমগদবনি। মুমিৎ খুদিংগী স্কুলগী প্রার্থনা সভাগী শরিক হেক মৈয়রক্তিফাওবা য়াম্না ইংনা অমগা অমগা হঙনখোংনদুনা ঙসিগী পারাশিং অদু নৈনগদবনি। প্রার্থনাগী শরিক হেক মৈয়রকপগা মপান খোক্তুনা মাগী মাগী লেপকমদা অনেম অরাংগী মতুংইন্না অনেম্বনা মমৈদা অরাংবনা মমাংদা লেপকদববি। ক্লাসকী লুচিংবা অত্তুনা খোঙ-খুৎ মাম্নবগী লাওবা খোৎপা শেম্বনচিংবা লোইরবা তুংদা সভাপতিনা পিরকপা থবক্কী সুচনা অদু য়াম্না চেকশিন্না তাগনি অমস্তুং মাগী মতুংইন্না চৎকনি। মহাক্কী ভাষন লোইরগা মাগী য়াথং মতুংইন্না ছাত্রশিংনা তুমিন্না পরেং থুগাইদনা কা মনুংদা চঙলগা মাগী মাগী কমফমদা তুমিন্না ফমগনি। ওঝানা অরাকপা ছাত্রগী মশিং কৌরকপদা ব্যাবহার তৌনা "লাকচৈ ওঝা" হায়না হৌগত্তুনা খুমগনি অত্তুগা ফমগনি। মিং খুম্বা অসি অদুক্কী মতিক থুনা খুম্বা ঙম্লিবা মথৈ ছাত্রশিংগী কান্নবা ওই।

## নিয়ম খরা

ওঝাশিংনা পুংশিং খুদিংগী নৈনরিবা হিরম খুদিংমক ছাত্রশিংনা যতন তৌনা, চেকশিন্না পুক্লিং চঙ্গদবনি। ওঝানা ঙাংলিবশিং অদু মখোয়না য়াম্না নিংথিজনা তাগদবনি অমস্তুং শ্যামপট

( Black board ) দা ইদুনা তাকপা ওইরগা ছাত্রশিংনা মখোয়গী মিৎ অদু মাইকৈ পুন্নমক্তা য়েংবা তোক্তুনা ইরিবা অমসুং তাক্লিবা অদুদা য়েংগদবনি অমসুং তাগদবনি। অদুগ লাইরিক্তা য়েংলগা তাকপা ওইরগা ছাত্রশিংনা মশা মশাগী লাইরিক্তা তাক্লিবদু য়েং-গদবনি মহাক্কী দরকার লৈবা ওইরবসু হকচিন্দুনা থমগনি। খঙদ-খোৎতবা য়াওরবসু ওঝানা তাকলিচৈ অদুদা য়াম্না নোল্লক্না ব্যাবহারগা লোয়ন্না হংগনি। চিংনবা নত্রগা কিবদগী খঙদবা হিরম অদুদা 'খঙ'ঙ" খক হায়রে ইদবনি কা অমদগী কা অমদা চঙবা তারবদি চঙগদৌরিবা কা অদুগী ওঝাদা অসুম্ন হায়জগনি—"ওঝা অমুক্তা চঙজরক্কে নত্রগা ওঝা অমুক্তা চঙজরকপা য়াগদ্র ?" অসি-নচিংবা হায়রগা ওঝাগী য়াথং মতু ইন্না চঙবা তারবসু চঙগনি য়াদ্রবদি তোক্কনি। অহানবা পুংদা নৈনখিব অমসুং পুক্লিং চঙখিবা অদুগুম্না পুংশিঙ খুদিংমক তৌগনি! অসুম তৌনা পোৎথাবগী মতম য়ৌশিল্লক্রবদা ( হাফ থাবা ) শরিক য়ৈরকপগা দরকারগী মতুং ইন্না ঈশিং খোরাংবন ঈশিং থক্নি কমনিংবনা ফমগনি। মতম অসিদদি লাইরিক্কা রাখল্দা পুক্লিং থম্লোই "পোৎথাব" হায়বা মতমশিগী থোইদোকপা অর্থদি অসিনি ছাত্রগী মাথা, বুদ্ধি মস্তিক মগুণগা লোইন লোইন্না থোইদোক হেন্দোকপা অথোবা রাখল পোক্লবনি। কা মনুংদা মতম কুইনা ফমজল্লবগী তম্বা ঈগী ঈচেল অপনবা পুন্নমক পোৎথাবা অসিনা কোকহন্দুনা পাঙ্গল লৌশিং হাপ্লি। পোৎথাবগী মতম লোইবগী শরিক খিংলকপগা হৈনিংবা অমসুং পুক্লিং চঙবগা লোইন্না কা মনুংদা মপা মশাগী মফমদা

চঙলগা কমগনি। পুং অদুদগী লোইর কাওবা হায়রগী মওং অদুদা পুক্লিং চঙগনি।

—— · —

# মীগী মপোৎ শোকলোইদবনি

কনাগুম্বা মীগী মপোৎ মপু তাক্তনা লোরগা য়েংবা লাইরিক খবরনচিংবা লোরগা পাবগী চৎনবী অমা য়াম্না কন্না তৌনৈ। অসিদসু নত্তে, অতোপ অতোপ্পা মখল হুরাল-চিস্থি তৌবগী ফত্তবা গুণ কয়াসু লৈরি। অভাংশিংনা অসুম্বা ফত্তবা গুনশিং অসি হায়বদি হুরাল চিস্থি তৌরবদি মসিগী দাইনি অহল লমন, মম মপা অমসুং ওঝাগী মথক্তা তাবা তাই। অসিগুম্বা মিংচৎথিবা ফত্তবা অসি উরগা ছাত্রশিংনা মশ মশানা মথক্কী দোষশিং অসিদগী কন্নবা হোৎনগদবনি। মনিং তমলবা ভারতকী ছাত্রশিংনা মসি য়াম্না মরু ওইবা তৌদবা য়াদ্রবা থবকনি।

ছাত্রশিংনা মখোয় মশেন ফাগী জোগাই তৌবা অমসুং নোক খেবা মতমদসু কা হেন্না তৌরোইদবনি। অতাবা মীগী থম্মোয় শোকদবা রাশিংদু চিন্দা ফাওবা পল্লোইদবনি খুৎতগী চৎখ্রবা তেনজৈনা অমুক হন্দৎলক্তবগুম চিন্দগী থোকখিবা অতাবা মীগী থম্মোয় কায়গদবা রাশিং অদু অমুক হঞ্জিল্লকউ হায়বা য়াদে, অতাবা মীশিংগী থম্মোয়দা থিনগাইরুই। ফাগী জোগাই তৌদুনা মদুদগী

ফম্নি করিগুম্বা চৌকথরবা পুক্লিং শক্তিদি ফংই অদুবু মথৌয়-শিং অদু মত্তিক চাদবা অমসুং চাওখৎতবা ওইনা তৌই। মরম অসিনা ফাগী জোগাই তৌনবা তারবসু নোঙবা ৱাঙাং ৱাতাবু তৌরবসু অতাবা মীসু সুংঙাইদুনা নোকমিন্নবা য়াবা অমসুং সুংঙাইমিন্নবা য়াবা ৱাহৈ ৱাতা ঙাংগদবনি। নোক-খেবা মতমদা মীবু উশিত্তবা করেম কথাইনবা য়াম্না মত্তিক চাদবা হন্থবা মীগী ৱানি।

ছাত্রশিংনা অসিগুম্বা মরানশিং অসিদগী কন্নবা হোৎনগদবনি। নোক-খেবা তারবসু কা থক হেল্লোইদবনি। নোক-খেবদা ইন্দ্রিয়-শিংবু লাকশিনবা য়াম্না দরকার ওই।

লাইরিক পাবা মতমদা খোং-খুৎ নিক্ল নিক্লগা পাবা অমসুং কোক লুকথরগা হাইনা হাইনা মোন্দা সুংঙাইবগী মওংদা পাবা য়াম্না মাঙনবগী মশক ওই। অয়াম্বা অঙাংশিংনা মখুত্তা পেন্সিল অমা পাইশিল্লগা কক্লাংদা অমসুং লৈমায়দা লৈই চিংদুনা নত্রগা অকামপেৎ ইদুনা খোরি খোত্তুনা শাম্নৈ। অসুম তৌবদগী হৈনখিদুনা মখুত্তা কলম নত্রগা পেন্সিল অদু ফংলবদি লাইরিক খুঙদে ফান খংদে খর নত্রগা খরদি মখোৎলে। ছাত্রশিংনা মসি য়াম্না জ্ঞান তানা অমুক তৌদনবা হোনগদবনি। অদুগা অফবা ৱাখল লৈবা ছাত্রনসু কৈদৌনুংদা অসুম্বা সমাজগী অকাইবা থবকশিং অসি থক তৌদে। কনাগুম্বা ছাত্র খরনা মচিন্দা মখুৎ থিংজিল্লগা খুজিল চিকতুনা অমদি শায়দুনা লৈ মসি য়াম্না ফত্তবা থবক্নি। মহাকপু পুকচেল চাওরবা অফবা মীশিংগী ময়ক্তা

য়াম্না ইকাই খুম্নবা য়েংনদে। অকবা ছাত্রশিংনা হকচাং নোম নোমহুনা লাইরিক থক পায়োইদবনি, মসি মপাঙ্গল শোনবশিংগী থুদমনি।

মশাগী মরালবু য়াবা হায়বসি পুকচেল চাওবশিংগী থুদমনি। কনাগুম্বা ছাত্র অমনা ফক্লাংদা ইশিল্লুরবদি নত্রগা শাওবদগী ছাত্র অমবু ফুরুরবদি নত্রগা কনাগুম্বগী লাইরিক, কলমনচিংবা মাঙহল্লুরবদি নত্রগা করিগুম্বা মরালনৈবা থবক তৌরুরবদি অদুগুম্বা ছাত্র অদুনা মমা-মপা, অহল-লমন, অমসুং ওঝাদা লাক্কুনা মানা তৌরুবা মরাল নত্রগা থবক অদু হায়দোকপা হায়বসি ছাত্রশিংগী মপৌনি। অরানবা থবক তৌবা হায়বসি অচৌবা দোষনি। মহাক্কী মরান অদুবু য়াজবা হায়বসি অমুক অচৌবা গুণ অমনি। মহাক্না অহন-লমন্দা মরাল অদু হায়দোক্লুবদা মখোয়না পিরকপা দণ্ডি অদু মকোকথোংনা য়াজবা অদুগুম্বা ছাত্র অদুনা লাইরিক কাইশু তম্বা লোইরগা খ্বাইদগী চাওবা মী অমা ওইগনি হায়বদা চিংনিঙাই করিসু লৈতে। মওং অসুম্না কনাগুম্বা ছাত্র অমনা অরানবা থবক কয়ামরুম তৌরে মহাক্না তৌরিবদু ছাত্র অমনা য়াম্না ফজনা উহৌরে। ওঝানা হঙলকপা মতমদা মহাক্কী মরাল পুম্নমক অদু উরিবা ছাত্র অদুনা ফজনা হায়দোক্লে। উরিবা ছাত্র অদু মসিদগী হেন্না চাওবা অভোপ্পা থবক অমা লৈরমলরোই। মীওইবগীদমক্তা মসি অচুম্বা গুণ নত্তে। মনিংমখাতম্বা ভারতকী ছাত্রশিংনা অচুম্বা ঙাঙনবগীদমক্তা রাশক লৌরবদি অশেংবা ভারত হায়বদু ওইরগনি

হায়বদ চিংননিঙাই লৈতে। অচুম্বগী লম্বীদা চৎলিবা অদু লৈবাক-মচা তাবনি।

# মুপীগী শিক্ষা

মুপীমচাশিংবু কনবা হায়বসিগা অমম্বুং লাইরিক লাইগু হৈরবা মুপামচাশিং কনবগা চাংদম্নবদা মুপীমচা কনবনা হেন্না অর্থ লৈবা ওইগনি।

নিপামচাশিংদগী মুপীমচাশিংনা শিক্ষাগী দরকার লৈবা হেল্লি। তৌইগুম্বম্বুং মখোয় অনিগী শিক্ষাগী মওং অমম্বুং মখল থেন্নহনগদবনি। শিক্ষাগী মরু ওইবা থবক্তি (উদ্দেশ্যাদি) ছাত্রশিংগী মশাগী তুমদুনা লৈবা জ্ঞান, শক্তি, সংস্কারশিংবু হৌগৎহনবনি। মরম অসিনা নিপামচা-মুপীমচাশিংগী তুমদুনা লৈরিবা শক্তিশিং অসিবু কেংদুনা খণ্ডহনবা ওম্বা অদুগুম্বা শিক্ষা অদু মখোইগীদমক্তা থাইদগী কায়বনি। ভারতকী হৌরককমগী ওইবা মচী ওইবা শরুক-শিং অদুদি আর্য্যশিংগী মুপীগী মথৌদা পুক্লিং চঙবা অদুগা লোইন্না লৈরম্মী হায়বদা চিংনকম লৈতে। আর্য্যাগী মুপীগী সতীগী পুকচেল, লমচৎ, মুমিৎ থুদিংগী লমচৎ—ব্যাবহার লোননিঙাই ওইবা লোমচৎ

অতোপ্পা রাষ্ট্রগী মুপীশিংদগী তোঙাল্লি। ভারতকী ভারত ওইবগী মতৌ অদু ঙাকপা হায়বসি আর্য্যশিংগী মুপীগী লমচৎ শাজৎশিং অদুবু ঙাকপনি। ভারতকী আর্য্যগী মুপীশিংদি তশেংনমক সরস্বতী লক্ষ্মী অমসুং ভগবতী দুর্গা মওং লৌবি ঙাক্তনি। লিরবা ভারতা খোইদোক হেন্দোক্ল মখোয়বু ইকাই খুম্নরম্মী, মখোয়বু থওইদবদা জগৎ মাঙ তাকপনি হায়না থম্নরম্মী। ঙসিগী মুপীমচাশিং অসিনা হয়েংগী মমা ওইবগী চীঙ লেম্বদুগী ফংফম থোকপা ওইগদোরিবনি মরম অসিনা মখোয়বু ঙাকশেনবা, মখোয়গী শিক্ষা অমদি মখোয়গী দীক্ষাদা পুম্নমক্তুগী হেন্না পুক্নিং চঙবা অমসুং থরচ তৌগদবনি। মুপিমচাশিংগীদমক্তা বিদেশকী ওইবা তুরেন অমদি শহরশিংগী জ্ঞানগা য়েংনবদা ভারতকী, তুরেনশিং শহর, বন অমসুং লেমহোৱা অতেক অকাইশিংদা য়েংবা অমদি মসিগী জ্ঞানশিং অসিনা খোইদোক্লা কান্নবা ওইগনি। ৱায়েনশংদা লৈরগা ইমুং মনুংবু শান্তি অমসুং অফবা রাথলগী মতেংনা খোমজনবনা কান্নবা ওই। মিৎয়েং অসিদগী মুপীশিংবু ভারতকী ওইবা ইতিহাস, ভারতকী দর্শন অমসুং আয়ুর্বেদিক্কী ওইবা অচম্বা লাইয়েংগী জ্ঞানগী মরমগা লোয়ন লোয়ননা য়ুম্বালোনগী শিক্ষা পিগদবনি। মসিদগী ভারতকী য়ুমগী মন্দিরশিংদা নোংমদি অমুক হন্না অদুঙম্বা লিরবা ভারতকী মুংঙাইবা শান্তিগী অরঙবা খুদম অদু য়েংজবা ফংগনি।

# শান্নবা

নুংথিল চুপ্পা মানসিক্কী ওইবা নোম-লিকপা হোৎনরবগী মতুংদা হকচাং শাজেল থরস্নু লৌবা দরকার লৈ। হোৎনবা রাৎপদগী ব্রেনগী পাঙ্গল শোন্থরক্তুনা লৌশিংগী পাঙ্গল শোন্থরক-পগুম হকচাং শাজেল তৌদবদগী শরুক খুদিংমক পাঙ্গল কনবগী মহুত্তা পাঙ্গল শোনবা ওই। পাঙ্গল যাওব্রবা হকচাং অদু মথল মথলগী লাইনাগী তুংনকম ময়াই ওই। লায়না চেনবা ছাত্রনা মহক্কী ছাত্রগী পুন্সি অদু কৈদৌঙৈদস্নু মহৈ য়ানবা ঙমদে। মসিদগী খঙলে জ্ঞান কংনবগী লম্বীদা বিদ্যা নৈনবত্তা নত্তনা হকচাং শাজেলস্নু খ্বাইদগী হেন্দোক থোইদোকপা মগুণ হন্থবা নত্তে। হকচাং শাজেল মথল অনী শুই:— (১) ইরৈবাক্কী ওইবা (২) মীরৈবাক্কী ওইবা, দণ্ড বেদক, কবড্ডীনচিংবসি ইরৈবা-ক্কীনি। মীরৈবাক্কী হকচাং শাজেলশিংদা মমিং চৎপশিংদি হাকী, ফুটবল অমস্নুং ক্রিকেটনি। মখোয়শিং অসিদগী ইরৈবাক্কী কবড্ডী চৌকানা মগুণ হন্থবা নত্তে। ভারতকী যোগাসন সংসারগী শাজেল পুম্নমক্তগী হেন্নবা শাজেলনি। ভারতকী শিক্ষাগী মন্দির-শিংদা যোগাশ্রম লিংখৎনবগীদমক হৌজিক্কী দেশকী লুচিংবশিংনা রাখল তৌবিগদবনি। খরচকী মরমদা য়েংলুরবস্নু কবড্ডিনচিংবা শান্নবগা য়েংনবদা হাকী ফুটবলনচিংবসিনা খরচ চংলগা শান্নবা ঙমইনা তৌই। অদু ওইরবদস্নু মখোয়সি রাষ্ট্র খুদিংমক্কী ওইবনিনা

অমসুং ভারতকী ছাত্রশিংনা পুক্নিং লুপশিনবা মরমদগী মখোয়গী হৈশিংবনা বিদেশশিংবু ঙকহনখিরম্মী। অসিগুম্বা বিদেশশিংগী মশাম্নশিং অসিসু য়াম্না ইকাই খুম্নগদবনি। অসিগুম্বা মখলগী শান্নবা অসিদা পুক্নিং নুংঙাইবগা লোইন লোইন্না ইন্দ্রিগী অমদি হকচাংগী শরুক থুদিংঙ্কী মপাঙ্গল কহল্লি অদুগ হকচাংসু কহল্লি। শান্নরিশ মীশিং অদুনা মশা মশাগী মফম অদুগী মতুংইন্না নিয়মশিং ঙাক্লবা অমসুং চাওখৎনবগীদমক শান্নবা হায়বসি য়াম্না ফবা প্যাদৈ অমনি। অসিগুম্বা শান্নবা মখল অসিদা পান্নরিবা মীশিং অদুগী মাগী মাগী ফমগী মতুং ইন্না থবক তৌই! মসিগী মশান্না অসিদগী খঙলে মদুদি মাগী তুংগী লম্বী অমসুং পুন্সিদা মচঙ্কী ফম অমসুং মতিকচাবা অদুগা মগুণগী তৌফম থোকপা অদুগী মসুংদা লৈদুনা থবক তৌবা হৈনবা ঙংগনি। মথক্তা হায়খিব্রবা নিয়মশিং অসি কায়রবদি মায়খিবতা মত্তুনা করেম্নবগী ইকাইবা কংই। মখোয়না লোইবা কাওবা ঙমলিব মথৈ কনা হোৎনদুনা শাপ্পা অমসুং অরোইবদা মায়থিরবসু জয় তৌরিবা কাংলুপকা অদুম য়াম্না চান্নবা তিন্নগনি।

অসিগুম্বা শান্নবা মথল অসিদা জয় তৌবগীদমক মরু ওই-ন্নোইদবনি, মরু ওইগদৌরিবদি নিয়ম অমসুং ব্রায়েল থৌদাদা ফজবগী ব্রাখল পোক্লকপনি। নিয়ম অমসুং ইকাই খুম্নবগী মসুংদা লৈদুনা শান্নরিবা মীশিং অদু মায়খিরবসু মহাক্না লমপাক্তা হেক কুম্নগা ছাত্রশিং পুম্নমক কাওথোক্তুনা শান্নবদা পুক্নিং থিংজিনগদবনি। ছাত্রশিংনা অতোপ্পা স্কুলগী ছাত্রশিংগা মশাগী

লমপাক্তা নত্রগা অতোপ্পগী লমপাক্তা শীঙনবা মতমদা মরু ওইবা তৌগদবা থবক্তি শান্তি অমসুং ইকাই খুম্নবগা লোয়ন্না থবক তৌগদবনি। মশিগী থবক অসিদা লৈবাক মচা তাবা অমসুং নোংলুকপগী য়াথল তৌগদবনি। অতোপ্পা স্কুলদগী লাকপা ছ'ত্র-শিংবু মখোয়না করিগুম্বা মথল অমত্তগী ইকাইবা পোকপা য়াবা থবক ইনখাং অমত্তা তৌয়োইদবনি। লাকলিবা অতিথিশিং অদুদগী মখোয়দা খুদোংথিবা অমসুং অয়াবা খর থাঙবা তারবসু মদুগী য়াথল তৌদনা মখোইবু ইকাইখুম্নগদবনি।

শান্নবগী লমপাক্তা চেংকনবা চেনবা খোৎপা তৌরিবা পুম্নমক নিয়ম মতুংইন্না তৌবগী হৈনবা অদু থম্বা ওয়্নবদি অদুগুম্বা ছাত্র অদু মশাগী পুস্নিগী লানফমদা কৈদৌউৈদসু মথৌ নাম্থো-ক্তুনা মায়থিবা কংলোই হায়বশি নিংশিংগদবনি।

# অতিথি সেবা

ভারতকুম্বা করিগুম্বা দেশ অমত্তনসু অতিথিগী সেবা ইকাইখুম্নবগা লোইন্না লুনা তৌদে। ভারতনা মমাংঙৈগী যুগ-শিংদা অতিথিবু ঈশ্বরনি হায়না লৌনদুনা মাগী লৈজবা দান

ভৌরম্মী। মতম লেপ্পুনা লাকপা অদুবু অতিথি কোই। অতিথি অমা ফংলবদি মঙোন্দা থ্বাইদগী চাওরবা সম্রাটনা মাগী মথোংদা মকোক লুকথরদুনা থুরুমজবদা মহাক্না ময়াইবক ফবনি থল্লি অমসুং মাগী নিংবা থুংনবগীদমক লৈজবা কৎপনা মশামকপু মথৌ পাঙলে হায়না থনজরম্মী।

অহল-লমনগী য়ুমদা কনাগুম্বা অতিথি লাকলবদি ছাত্র-শিংনা য়াম্না নোংল্লুক্না থুরুমজদুনা মাগী থবক ইনথাংদা মথোয়গী সেবাদা মতেং পাংগদবনি। অহল-লমন চংথোকথিবা মতমদা মথোয়গী মতৌগুম্ব মাগী সেবা তৌগদবনি। ছাত্রগী লৈফমদা কনাগুম্বা ছাত্রদা থুদোন পোৎ পিনবগীদমক লাকপা মীশিং, অদুগা সহরদা অতোপ্পা থবক অমগীদমক লাকপদা ছত্রগী লৈফমবু পন্থনবগী হেন্দোক থোইদোকপা মফমনি থল্লি। অসিগুম্বা মীশিং অসিদা ব্রাথন অসি থনবগী অরাবা অদুদি তৌদে মদুদি ছাত্র লৈফমদা এৈনা লৈবদগী ছাত্র অসিগী মহৈগী থবক্তা অপনবা ওইরোইদ্রা, মসিগী ফলগী মশক ওইনা মফম অসিগী ছাত্র থুদিংমক্কী ওইনা থবক ইনথাংদা অপনবা থোকহল্লি। ছাত্র লৈফম হায়বসি ছাত্রগীদমক্তনি, লমচৎপশিংগী পন্থনবগী ধর্ম্মশালা নত্তে। কনাগুম্বা অমনা ছাত্র লৈফমদা অতিথি ওইনা লাক্লবদি ছাত্রগী লৈফমগী য়েংশিল থোচিনবদুগী য়াথংদগী মফম অদুগী ছাত্র থুদিংমক্না মাগী সেবা লাংবা নিংথিজনা তৌগনি।

ইনথৎলকপা পাথঙগী মুন্সিদা মরুপ শান্নবগী য়াম্না অপাম্বা পোকই। মরুপ ওইবগী অমগা অমগা য়েংন থোৎনবদগী মীয়ামগী

সেবা তৌবগী ৱাথল পোক্লকই। মীয়ামগী সেবা হায়বসি মীওই-বগীদমক্তদি য়াম্না থ'গৎনিঙাই ওইবা গুণ অমনি অমসুং মসিগী গুণ অসি মীপুম থুদিংমক্তা লৈবা থোইদোক্লা দরকার ওই। মহাক অদুদা সেবাগী ৱাথল লৈক্ত্রবা, মহক্কী মীওইবগী গুণ য়াওদ্রে হায়বা য়াই। অদুবু ছাত্রশিংগী বিদ্য তায়বগী পুন্সিদা মীয়ামগী সেবাদগী অপনবা অমা পি। মরমদি অসিনি অদুদি সেবাগী মিংদা মনিংমথা তন্না থবক তৌব কাংবুগী মথাদা ছাত্র অদুনা সেবা তৌবা চংলবদি মহাক্কী অদুগুম্বা কাংবু অদু শম্নবদগী মথোয়গী দোষশিং অদু চংলকই। মদুদগী মহাক্লা নাম্থোকপা ওমদে। ফিভম অসিদা বিদ্যদা পুক্লিং চঙলুবা ( লুপলুবা ) ছাত্রগি অশেংবা বিদ্যগী ৱাশক্কী হৌগৎলকপা মতমদা অপনবা হাপ্চিনবা সোইদনা ওইগনি।

সেবাগীদমক্তা পুম্নমক্তগী অথোইবা উপাইদি মসিনি অহাংবা অমসুং ছুটীগী নুমিৎশিংদা ঈশ্বরগী পর্ব অমসুং উৎসব মেলাগী মতমদা ছাত্রনা পুকচেল শেংবা ৱাথলদা মীয়ামগী সেবা তৌগ-দবনি। মশা মশাগী স্কুলগী মশা মউ ফবা ছাত্রশিংগী সেবাগী সমিতি শে-গদবনি। মথল মথলগী সেবা হৈরবা অমদি সেবাগী থবক্তা অপাম্বা পোকপা ওঝা অমবু সমিতি অদুগী পাওতাক পিবা অমা ওইন থনগদবনি অমসুং মঙোন্দগী সেবাগী শিক্ষা অদু লৌগদবনি। অসিগুম্বা সমিতি অসি স্কুল থুদিংদা লৈগদবনি অমসুং মথোয় পুম্নমক য়াম্না তপথনা চেকশিন্না লৈগদবনি। শহর পুম্নমক্কী স্কুলশিংগী অসিগুম্বা অপুনবা মীতিন

থম্লগা থা অমগী মন্নুংদা অনীরক নত্রগা অমুক সেবাগী নিয়মশিং অদু তম্বীবগী অকবা থৌশিল তৌগদবনি। মতুদা নিংথিজনা তম্বীরবা সেবা হৈবা ছাত্রনা পর্ব অমস্তুং উৎসবশিংদা মীয়ামগী সেবাগীদমক চৎকদবনি অমস্তুং থব্রাই য়াওনা সেবা তৌগদবনি। সেব-লাংবা ওঝা অদুগা মতম লৈবথিবিক্তা লোইন্না লৈগদবনি অমস্তুং মাগী য়াথংদগী থবক অদু পাংথোকদবনি। মসিগুম্বা নিয়ম অসিদা থবক তৌবদগী তশেংনমক মীগী সেবাগী মথল অমস্তুং নিয়ম আইন থঙলবা ছাত্রদু মীয়ামগী সেবা হৈবা ওইগনি। অদুগুম্বা ছাত্রদুগী তুংগী পুনসিদা করিগুম্বা মওংগী মীয়ামগী সেবাদা নত্রগা সমাজগী সেবা তৌবদা মায়পাকপা ঙমগনি। ছাত্রশিংনা মথক্তা পনথিবা মথনশিংগী মীয়ামগী সেবাগী নিয়মগী ওয়্-তৈনবদা তৌনবগী থবক তৌরক্রবদি অসিগুম্বা সেবা অসিদগী ছাত্র অদুবু তোপ্পা থমগদবনি।

মীয়ামগী সেবাবু নিতিগী রুটিন্দা থবক্কী পরেংগী মন্নুং চন্না থম্বা তারবদি ছাত্রগী অকবা শরুকশিংদা অপনবা পিবা ওইরগনি। জ্ঞান নিয়মগী পাম্বে নত্তনা সেবাগী মথল খুদিংমক নিংথিজনা থঙবা ঙমদ হৌজিক কালদদি সেবাগী থবকশিং অস্তুক্কী মতিক লায়না কৌনরক্লে অদুবু তগোক তব্রাইনা লৌবদি লাল্লি। সেবা লোনচৎকী লম্বেলদা যোগীশিং ফাওবা তৌক্লমু থঙদনা চমম্বা য়াওরকই মরম অসিনা ছাত্রশিংবু মহাক্কী ছাত্র ওইরিঙৈন্না পুনসিগী মওং তমগদবনি অমস্তুং থঙগদবনি। কনাগুম্বা ছাএশিংনা মীওইকনী সেবা তৌনবগীদমক্তা

থম্মোয়দা অকনবা ৱাথল পোক্লক্লবদি ছুটিগী অহাংবা মুমিৎশিংদা মতম থৱদং কাইথোক্লগা য়াওবা য়াই। অসুম তৌনা সেবাগী য়াম্না শন্দোকপা অমসুং পাকচাওৱবা লম্বী লৈ, তৌইগুম্বসুং ছাত্রশিংনা অহাঙবা তাঙ্গাবু নহা ওইৱিবা লাইৱিক লাইগুদি তমগৌত্রবা মীয়াম কয়াবু ময়েক চৎহনবা ঙম্বা হোৎনবদা চঙহল্লবদি, খ্বাইদগী চাওবা থবক অমা তৌরে হায়বদা চিংনিঙাই কৱিস্ত্র লৈতে। ঙসি ভারত সরকারস্ত্র থবক অসিদা মায়পাকপা ঙমদ্রি। ঐথোয়গী দেশকী ছাত্রনা চহী খুদিংগী নহা ওইৱিবা মী অমমমবু ময়েক পাবা ইবা থোকহনবা ঙম্লবদি অমসুং ঙম্বগী ৱাশক লৌৱবদি ছুটি মতমগুম্বা, অমসুং কালেন ছুটিগুম্বা অশাংবা মতমশিং অসিদা য়াম্না লায়না পাঙথোকপা য়াই। মসিদগী হেন্না চাওবা লৈবাক্কী সেবা অমা লৈত্রে। বিস্তনা মাগী সেবকপু অতোপ্পগী সেবা তৌহনবা পামত্রবা মহাত্মা মাগী সেবকপু সমাজগী সেবক ওইহননিংত্রবা অদু ওইৱবদি ওঝা অদুস্ত্র সেবক অদুস্ত্র হায়নিংঙাই লৈতনা পংলবা মীশক ঙাকমি।

# মরুপ শেম্বা

চুম্মী! অবস্থা অসিদা মরুপ শেম্বগী লিচৎ অসি ছাত্রগীদমক্তা য়াম্না অপনবা অমনি। মরুপকী থোইদোক হেন্দোকপা অতোপ্পা জ্ঞানগী মতম অসিদদি মতিমচাদে ৰিভম অসিদদি

ছাত্রগি মমা-মপা মচিল-মনাও অমদি গুরুদগী হেন্না অতোপ্পা অমা মরুপ ওইবা ফত্তে। অদুবু ফিভম অসিদা ছাত্র অমুনা মরুপ অমখক্তি তিন্নবা য়াই। অদুগুম্বা মরুপত্তি ওঝানা খনগৎপা অদুগুম্বা লাইরিকশিংদুনি মদুদা রাম, কৃষ্ণ, ভীষ্ম, ভীম, ব্যাস, ভাস, কলিদাস, কবীর, তুলসী, প্রতাপ, শীবাজী, গুরুগোবিন্দ সিংহ, গোখলে, লোকমান্য তিলক, আশুতোস, মহামনা মাল-বীয়জী, মহাত্মা গান্ধী, টেগোর অমুম্বা মহাপুরুষশিং য়াওবা অদুগা সীতা, সাবিত্রী, পদ্মনী, লক্ষ্মীবাঈগুম্বা দেবীশিংগী ইচম চম্না নিংখিজবা লিচৎ শাজৎশিংদু য়াওবা লাইরিক পাগনি ঙসিগী ছাত্রশিংনা অসিগুম্বা মহাপুরুষশিং অসিদগী কনাগুম্বা অমবু ঐগী অপাম্বা অমম্তুং য়াখলগী মতুং ইন্না ইষ্টদেব ওইনা লৌরগা মাগী লমচৎ শাজৎশিং তমলবদি ছাত্রশিংগী থম্মোয়দা য়াম্না ফবা শক্তী অমা লাক্কনি হায়বদা চিংনমিঙাই লৈতে।

## লাইরিক লাইশু য়েংবা

মী ওইবশিংনা মমদুনা জ্ঞাণ য়াওদনা লৈরম্বদগী য়মা মপা ওঝা গুরু কয়াগী মতেংদগী তাইবং মীকপ থোরকলে। পলেমগী অমৃত নত্তনা করিমতা চারমদবা; চাক, ইনশাং চাবগী শক্তী লৈরকলে। বিদ্যাগী মন্দিরদগী জ্ঞাণগী মচাক তাল্লুবে।

ওঝা নাইদুনা অতৎপা লৈতনা বিদ্যা তমলে। জগৎ মশক খঙলে, লম অমগা অমগা ঈশিং মুংশিং মশক খঙলে, চাওখৎপমী মওংদা দেশ অমগা অমগা শকখঙ মায়খঙনরে মসি করিগী মতেংদগীনো ? বিদ্যগী মতেংননি। মুক চাওখ্রবা জগৎ অসিবু কোয়না চৎতুনা মফম খুদিংগী ঈশিং মুংশিং খঙবা ওইখোকতে। মতম খরতগী মমুংদা, দেশ খুদিংগী চাওখৎ ইরাং মশক খঙ-লিবসি অতৈন নত্তে লাইরিক লাইশুগী মতেংননি। হৌজিক্কী মতমদা ঈশিং ঈচাওগী পান্দমগুম, লাইরিক খবরকাগজ চেকোং কয়া ফোংনরকলে। বজারদা চৎলগা অপাম্বা লাইরিক, লাইরিক য়োন-ফমশিংদগী কংবা ঙমলে। রাখল নৌরিবা অঙাংশিংগীদমক্তা চাবা থকপদগীসু হেন্দোক্না অফবা লাইরিক পাবা তম্বী-গদবনি। লমচৎ থিবা অমদি রাখল ফত্তবনচিংবগী শন্দোকপা মখলগী লাইরিকশিং পাবগী মহুত্তা হকচাংগী তরু তরুবা রাখল পোকহনবা লাইরিক অদু পাবনা য়ম্মা ফবা হেল্লি।

"গুরু খঙলগা তৌ, ঈশিং চুমথোক্লগা থকউ" রাহৈ অসিগী মতুংইন্না লাইরিকসু নিংথিজনা খঙলগা পানবগীদমক লৌগদবনি। নত্রবদি হু য়ানবা ময়াইকাবা চাবদগী থরাই থাবগুম কৈথেনগী লাইরিকশিং পাবদগী অঙাংশিংগী রাখল মেৎহনবা অমসুং দোষ চেলহল্লি ফিভম অসিদা অসিগুম্বা লাইরিক্কী মাইকৈরোমদা চঙশিনখিবদা স্কুলগী কান্নবা লাইরিকশিংদা পুক্রিং চঙবা ঙমদে। মসিদগী লমচৎ ফত্তবা মতিক চাদবা থবক তৌবা মীওৎপা মথং মথং হেনগৎলকই। মশিদগী কান্নবা

উপায় অমা লৈ মতুদি ছাত্রশিংনা মখোয়গী ওঝাদগী তমনবা ক্লাস অদুগা মরী লৈনবা লাইরিকশিংগী মমিংশিংদু লৌখোক্লগা মাগী খুদোং চাবগী মতু ইন্না লৈরগা নত্রগা করিগুম্বা লাইব্রেরী অমগী মেম্বর ওইরগা মদুদগী পাগনি। লৈরিবা খবর কাগজনচিংবদি নিত্তিগী পাবা কায়ে। মসিদগী অচম্বা জ্ঞান চাওখৎপা ঙমই।

লাইরিক পাবা মতমদা পেন্সিল অমা খুত্তা পায়গদবনি। অদুগুম্বা রাহৈ নত্রগা রাহৈ পরেংদা ভাব তাদবা য়াওরবদি হকচিনগদবনি। কায়বা মচাক য়াওবা শরুকশিংবু মহাক্কী অতোপ্পা অদুগুম্বা খোমজিন্নবগী বোই অমদা ইশিনগদবনি। মওং অমুম্মা নিয়মগী মতুংইন্না হোৎনরিবা ছাত্রদুনা চহী অনি-অহুম হোৎনরবদা বিদ্যাদা হৈনব ওইগনি। নিংশিংগদবদি লাইরিক লাইশু মোৎহললোইদবনি।

— —— — ——

# সিনেমা

চিত্রগী মতেংনা অঙাংশিংবু মহৈ তম্বীমবগী পান্থৈ অসি য়াম্না পুক্লিং চিংশিনমিঙাই ওইবা মতেং পাঙবা অমনি। য়াম্না মুংঙাইবা রাদি ঙসি চিত্রকলাবু ময়াং কায়না শন্দোক্লি অমসুং সিনেমাগী হোল মশিংসু নোংম নোংমগী হেন-গৎলক্লি। শহরশিংদা মুমিৎ খুদিংগী অনৌ অনৌবা সিনেমা

হোল শাগৎলক্লি। করিগুম্বা পুক্লিং লাকশিনবগী ব্রাখল মখোয়গী ডাইরেক্টরশিংদা উদে। গঙ্গাজলনা থল্লবা চফু অদুদা অমোৎপা কালাগী ঈশিং মরিক অমত্তং তাবদা মদু থকনিংদে। মদুগুম্না সিনেমাগী পর্দদা মহাপুরুষশিংগী চিত্রশিংদসু অয়াম্বা ব্রারীগী হৌরকফম অমদি মহাক্কী তমজনিঙাই ওইবশিং অদুবু ককথৎ খোৎতৎলগা থম্মা। মশিদগী ছাত্রশিংদা অকিবগী মশক ফংলবা ব্রাখল পোকই। পুম্নমক্তগী অকিবা ব্রাদি হোলগী ফ্রন্ট, মিদলন-চিংবগী চৎনরিবা মওং মতৌ, শেংদবা মুংশিং মখোয়দুগা শম্নবদগী পোকললকপা দোষশিং অসিদগী ছাত্রশিংবু কনবা হায়বসি ব্রানা থোকই। মরম অসিনা সিনেমা য়েংবা তারবদি শিক্ষাগা মরী লৈনবা ফিলম মাগী অহল-লমনশিংগা লোইন্না কার্ষ্টতা নত্রগা বোক্লনচিংবদা য়েংগদবনি। সিনেমা য়েংলগা কান্নবশিং অদু লৌশিনবা ঙমদ্রবদি য়েংলুবগী কান্নবা পোক্তে শেললতমক তীংদুনা মতোক্নী। সিনেমা য়াম্না য়েংবা ফত্তে, হাপ্তা ১দা নত্রগা থা অমগী মনুংদা অমুক য়েংবা কৈ, হেক্কিলগা য়েংলবদি সিনেমাগী ব্রাখলদা তাওদুনা লাইরিক লাইশুগী ব্রাখল কাওরকই। সিনেমা অদুদা উৎলিবা ফিদমনিঙাই ওইবা থোদোকশিং অদু লৌশিল্লগা মখোয়গী (অঙাংগী) থোৎলবা ব্রাখলগী পর্দা অদুদা ময়েক শেংনা তাহল্লবদি পুনসিগী চাওখৎ লম্বীচৎপদা মতেং পাংই।

———

# ৱারী ৱাতাই শান্নবা

মী অমমা অতোপ্পা অমগী পুক্নিংগী ভাবশিং অদু কোং-দোকতুনা ৱারী শানবা য়াম্না কাৱে। মীওইবগী পুন্সিদা অমগা অমগা ৱারী শানদুনা চাওখৎপগী খোঙথাং হেনগৎহনগদবনি। ছাত্রশিংনা মহাক অদুগী মরুপশিংগা লোইন্না পুকচেল তিংনা ৱারী শাবা ফৈ। মহাক অদুনা মহাক্কী মরুপ অদুদা য়াম্না ইকায় খুম্নবা ঙাংন-শকনগনি। নংবু ব্যাবহার তৌহনবা পামলবদি নংনা হান্না মী অমদা ব্যাবহার তৌনা ঙাংনবা ফৈ। মী অমদা নং মা শিজানবা লাল্লি, অদুম ঙাংবদি মীশক অদুগী ইমুংগী ফিবম করম তৌবগে হায়বা লায়না খঙবা ঙমই। ৱা ঙাংলম-লাইগী মতমদা য়াম্না যতন তৌনা মীনা করি হায়থিগদগে খল্লা ঙাংগনি। মতম চুপ্পদা "করি ওইরবনো" অমদি "কমদৌবা;" "করি তাকপীগদবা" অসিনচিংবা ৱাহৈগী অহো অরোয়দা শিজিন-গদবনি। চহি হেনবা মীশিংদা 'নং" হায়দনা নমহাদুনা ঙাংবা লাল্লি। মদু লৱাই মচা তাবা ৱাঙাং কৌই। মী হায়বসি লৱাই ইম্ফাল খায়বদি লমদ নত্তে, ঙাংলকপা ৱাঙাং; নিত্তি নিয়ম লমচৎ শাজৎ, ফিজেৎ চাকচানচিংবা কয়াদগী চাওখৎপা চাওখৎতবা খায়বনি। মী অদু ফনা ইনাক কৈৱাক থুনবা ওইসনু লমচৎ শাজৎ নিংথিজ্রবনি মহাক অদু লৈখা তাবগা পান্দম্নী। মরম অদুনা ৱারী ৱাতাই শান্নবদা চাওখৎপগী মওংদা শানগনি। মথাগী থৱা অসি ওপুক্নিং চংনা য়েংগদবনি।

১। কনাগুম্বানা করিগুম্বা থর হওবদা নিংথিজনা পাওথুম পিগনি। ২। ব্রারী ব্রাতাই শ্বাবা মতমদা করিগুম্বা মওংদা অশাওবা য়েক্লবগী ব্রাথল উৎলোইদবনি। ৩। মীগী মতুংদা থক হুল্লোইদবনি। অদুগুম্বা ব্রা অদু নংনা হুল্লিবা মী অদুগী মনাকোংদা থক য়োরোই হায়নস্থ থনগনু অসিগুম্বা মীবু হুনবা ব্রাশিং অসি সুংশিত্তগীস্থ হেল্লা য়াওই অমস্থং অস্থম অস্থম মশিগী কলস্থ অকিবগী মশক ওইরকই হায়বসি ছাত্রশিংন মতম লৈবা খিবিক্ত কাওরোইদবনি।

৪। ব্রারী ব্রাতাই শাবা মতমদা মীবু মীপাইবা ব্রাথল পোকপা ব্রা হায়রোইদবনি অমস্থং ইশাগী হৈজবা উৎতুনস্থ ঙাংলোইদবনি। ৫। ব্রা ঙাংবদা খোন থোৎপদা হাকমল্লোই-দননি। মঙোন্দগী তারিবা মী অদুদা য়াম্না থোৎথবা অমস্থং চিরোলগী ব্রাগী মমি অমত্তা ফংহল্লোইদবনি। থম্মোয়দগী থোরকপা ব্রা'হ ঙাংগদবনি মদুদা অয়াকপা ব্রা অমস্থং ঙাংলিবা চাংদগী হেন্নস্থ থোৎনা নত্রগা কন্না ঙাংলোইদবনি। ৬। ছাত্রশিংনা সুমিদা ব্রাইরমদা মখোয়গী তম্লিবা হিরমশিংদ ব্রারী ব্রাতাই শাগদবনি। স্কুলদা ছাত্রশিংগী অপুনবা মী থর শেম্নগা সাহিত্যগী মরমদা নৈনবা অমস্থং করিগুম্বা হিরম অমগী মরমদা শীঙনদুনা ব্রা ঙাংননবগী সভ অমা থম্নগা অহাঙবা মতমদঃ ব্রা ঙাংনবা মীয়ামদা লেকচর পিবনচিংবা অভ্যাস তৌগদবনি। ৭। শেংদবা থঙবা ঙমদবা মুরুম মুরুম শোনবা ব্রা চিন্দুগী থোকতনবা হোংনগদবনি। অস্তুম্না য়ারক্তা ঙওবদগী ব্রা ঙাংলিবা অমস্থং তারিবশিংদুগী মরক্তা চিংলবা মিৎয়েংনা য়েংনৈ। অতোপ্পনস্থ মাগী মতৌগুম

তমখিদনবা হোৎনগদবনি।

৮। মাগী রা শেংদোক্নবগীদমক রাঙাং খুদিংগী রাশকপা অপঙবা অমস্তুং পাঙ্গল শোনবগী খুদমনি।

# নুমিদাংগী চাবা-থক্পা

নুমিদাংরাইরমদা মনাক নকপা লাইশঙ অমদা চৎলগা ঈশ্বরবু প্রার্থনা তৌজগদবনি অমস্তুং য়ুমদা লাক্লগা ইষ্টদেবগী মুর্ত্তি অদুগী মমাংদা ধুপ বর্ত্তি অমা থাগ্নগা থমগনি। পুং ৭ ফাওবগী মনুং দা চাবা থকপা লোইথোক্কদবনি। নুমিদাংদা চাবগী নিয়মসু মথক্ত পিশ্ত্রিবা নিয়মশিং অদুগা মান্নগদবনি। অহিংদদি দহি চারোইদবনি। নুমিদাংগী চরানা থর হন্থনা চাগদবনি। চাক চারবগী মতুংদা থবরনচিংবা পাগদবনি অদুগী মতুংদা ঈশিং পুক পিক থন্না থক্কদবনি। অসিগী মতুংদা পুং (৮ দগী ১০ ফাওবা) লাইরিক লাইশু পাগদবনি।

নুংথিন্দা ওঝানা তাকথিবশিংদু পাগদবনি অমস্তুং পুক্রিং চঙনা য়েংগদবনি। খঙদ-খোত্তবা য়াওরবস্থ মকম অদু খুদম অমা হকচিনগদবনি। মথংগী নুমিত্তা অতোপ্পা মরুপতা নত্রগা অদু লৌবা ওঝাশিংদা হংদুনা খঙদোক্কদবনি। খঙদ্রিবা অদুক্কী মথৈ খঙলে হায়রোইদবনি।

নংগী নুমিৎ খুদিংগী চৎকদবা রুটিন অদু অমুক্তং য়েংগদবনি। মথং অদুগী থবক ইনখাং অমতা চিৎথ-থোৎথবা য়াওদনবা।

মতু করিগুম্বা চিংথরবদা মপুং ফানা পাংথোক্লগা তুমগদবনি। লাইরিক লাইস্ত্র পাবা লোইরগা লুম্ব লুম্ব শাবা সঙ্গোম থক-দবনি। থি য়ুংনচিংবা লৈরবস্থ শেংনা থেমদোক্লগা খোঙ খুৎনচিংবা হামদোক্লুনা অকঙবা গমছা অমনা শেংনা তৈথোক্লগবনি অদুগা ফমুংদা হিপকদবনি। তুমদ্রিঙৈদা য়ামদ্রবদা ঈশ্বরগী নাম শোনগদবনি। অশুম্না ঈশ্বরগী নাম নিংশিংদুনা তুমগদবনি। লুথুমদা ফাল অমগী মথক্ত ঈশিং খুজাই অমা গ্লাসকা লোইন্না থমগদবনি। তরু তরুবা রুমালনা কুপকদবনি ঈশিং অদু অয়ুক্তা চিন তেংথোক্লদবনি।

## লম কোয়বা

অঙাংশিংবু ইমুংদা অমদি লাইরিক তম্ফমশংদা মহৈ শিক্ষা পিবতনা অশেংবা শিক্ষা পিবা নত্তে। লাইরিক তম্ফমশংগী শিক্ষাগা মরী লৈনবা পরা তম্বা ওঝাশিংগা লোয়ন্না চৎকদবনি। ভুগাল অমদি ইতিহাসকী মরী লৈনবা মফমশিংদা চংদুনা মাগী ওঝাশিংনা তাকপী খোৎপীগদবনি। মসিদগী অঙাংগী রাখল মপুং ফাবা, চাওখৎপা ওই মতম খুদিংদা অনৌ অনৌবা পোৎ য়েংহনবা অঙাংগী চাওখৎ থোয়াং অমনী। য়ামদ্রবদা থা অনি অহুমগী মনুংদা থঙদ্রি উদ্রিবা লম, পোৎচৈ চৎ চৎতুনা মাগী ওঝা নত্রগ, মমা মপানা তাকপীগদবনি।

মমা মপাগী চৈরাক কনবগী রাখলদা মপান ইথোক থোক-তবা হায়বসি অঙাং অদুগী বুধি কমজিলনবগী মরম অমনি। ঙসি ঐথোয়গী সমাজদা অঙাংবু কাজিনদুনা থম্না লালবনি। ঐথোয়না শহরগী ক্লবা ফুরা দলানবু য়েংবদগী লরাইগী দৃশ্যা অমদি চিংমা তময়াগী ক্লবা য়েংহনবা কৈ। ঐথোয়গী লৈরিবা শায়োকশং, মিউজিয়মদা পুবিরগা মমাংগৈগী মতমদা দেশ অসিদা করি লৈরম্লনচিংবা তাকপীবা য়াম্না কায়ে। রবিন্দ্রনাথ টেগোরনা অঙাং ওইরিঙৈদা মমা মপানা ইমুংগী কা অমদা চিকনা থম্বীবা মহাক্না কয়াম রাখিবা। মরম অসিনা অঙাংশিংবু ওঝা অমদি মমা মপা ওইবশিংনা লম কোয়বগী মুঙাইরবা রারী তংতনা লিবিবা য়াম্না কায়ে। স্বামী বিবেকানন্দা অঙাং ওইরি-ঙৈদগী লম কোয়নিংবগী ইথৌ লাংলকপা তুংদা পুন্সিগী অরোইবা মতম কাওবা ঘুমকরি অমা ওইনা লেনখি।

## ফিজেৎ

ফুকচাংদা ফি শেৎপগী মরম অনিথক লৈ। ইকায়বদগী কম্নবা অমদি অইংবদগী কম্নবা, ইকায়বদগী কম্নবগীদমকতী অমা হেক্তা শেৎপা য়াই। ফীজেৎ হায়বসি য়াম্না লুই। মতমগী চৎনবীনা পুল্লবা মীওইবা সমাজনী। মমাংঙৈদা ফুরিৎ অমগা

পংলেন লেনবা য়ারম্বা ক্রিবমসু ওসিগী সমাজদদি য়াদ্রে। অঙ্গ্রেজীগী ক্রিকেট চাকচা তমদবা য়াদঙ্গনা তৌরমলবসু তারতনা মলিং মথা তমলবদা অদুগুম্বা ভারতকী ছাত্রশিংনা ভারতকী মমাংঙৈগী ক্রিকেট চাকচা অদু অমুক পাংথোকলবদি হায়নিঙাই লৈতনা ইজাতীগী সংস্কার তৌরিবনি হায়না লৌগনি। মতৌক চাদবা মওংবু কুপশিল্লবা ক্রিকেট লৈতেংগী অরও অরাক্লা ভারতকী জনতাবু অরাবা পিনবগী মতমদু চংখ্রে। য়াঙ্খে চাম্মা পিবা ফি শেংপা, লিংপা ভারতকুম্বা লাইরবা দেশকী ফজবা নত্তে। মমা মপানা মচা মশু ওইবশিংদা হেন্না মমল য়াম্বা ক্রিকেট খোলবা লাল্লি। ছাত্রগী পুন্সিদা মমল অয়াম্বা লাইরিক নত্তনা মমল য়াম্বা ক্রিকেটকী রাথল তৌবা লাল্লি।

ফুরিং খোংগ্রাও মমল য়ামদবা শেংতুনা স্কুল চৎকদবনী। অঙাং খুদিংদা চপ মান্নবা ক্রিজোল থোনবীগনি, খরচগী মায়কৈদসু চপ মান্নবা পিগনি। অচান মিরাই নাইবা রাথলনা অঙাংশিংদা থোল্লবদি মখোয়গী আশাগী লম্বীসু খেৎনরক্কনি। ক্রিকেট লৈতেংগী রাথল অসি থম্মোয় অমসুং পুক্নিংদা তাই। অরওবা, অনানবা ক্রিকেট শেংপা ছাত্রশিংগী পুক্নিংদু ঙৈথক ইরাংগী মায়কৈদা চিংশিল্লি। অতোপ্পা য়েংলিবা মীশিংদা ফত্ত-ফত্তবা রাথল তাহল্লি। থ্বাইদগী হেন্দোক্ল ফত্তবদি কান্নদবদা খরচ তৌবা অসিনী।

---